# মাম্মদবা মীৎয়েং

লনচেনবা মীতৈ




মণিপুরী লিটরেরী সোসাইটি,
ইম্ফাল





মমল লুপা ২০/- (কুন)

মণিপুরী লিটরেরী সোসাইটিগীদমক লাইশ্রম ইবেমতোম্বীনা অহানবা খুৎনম ওইনা ১৯৯১ ইং সেপ্টেম্বরদা ফোঙবা/লময়ানবা প্রেস সগোলবন্দ তেরা কৈথেল সাপম লৈরক্তা নম্বা/কোপী মশীং ১১০০/মখুম নম্ফমঃ পদ্মা প্রিন্টরস, পাউনা বাজার/মখুম য়েকপাঃ গুনিন্দ্র/ফংফম :— অইবগী য়ুম সগোলবন্দ মবুধৌ মখা লৈকাই ইম্ফাল ১৯৫০০১।

---

" MANNADABA MEETYENG " Collection of Mini Stories in Manipuri by Lanchenba Meetei & Published by Laishram Ibemtombi on behalf of Manipuri Literary Seciety on Sept. 91.

# অইবগী মায়কৈদগী

মীয়ামদা খুৎশিন্নজরিবা " মান্নদবা মীৎয়েং " হায়বসি হিন্দীদা লঘু কথা অমুগা ইংলিসতনা মিনি ষ্টোরী হায়বমুগা ৱাহন্থোক্ মান্নবা ৱাহৈগী ৱাপুদা মণিপুরী সাহিত্যগী ওইনা " অপীকপা ৱারী " হায়না নৌনা মিংথোন্নজবা ৱারী মথল অমদা শাদোংহল্লবনি। উপন্যাস, ৱারী মচা অমদি অপীকপা ৱারী ( ছোটী কহানী / ভেরী সোর্ট ষ্টোরী ) হায়বা ৱারীগী মথলশিংসিদি মণিপুরী সাহিত্যদা মরা তাগ্রে। মরম অমুনা অপীকপা ৱারীমচা ( ছোটী কহানী / ভেরী সোর্ট ষ্টোরী ) গা শাগৈ মান্নবা অমুগা মওুন অমদি মওং থেন্নবা " অপীকপা ৱারী " ( লঘু কথা / মিনি ষ্টোরী ) হায়বা মথলসি মণিপুরী সাহিত্যদা মরু হুন্দবা য়াদবনি। নত্রগদি, অপীকপা ৱারীমচাগা অপীকপা ৱারীগা য়েংশিন্নখিবতা নৎতনা মণিপুরী সাহিত্যদা অপীকপা ৱারীগী য়ুম্ফম থোনফম লম মচেং অমফাওবা থিবা ফংলকতবস্তু য়াই। পান্দমসিগী মথা পোন্না ইজবনি অপীকপা ৱারীগী মওংদা " মান্নদবা মীৎয়েং "।

অরোইবদা, লাইরিক অসি মীয়ামগী থুৎতা শিন্নজনবা হোৎনবদা তেংবাংবিরকথিবা খুদিংমকপু থাগৎচরি। লোয়ননা, লাইরিকসিবু পুথোকপিরিবা মণিপুরী লিটরেরী সোসাইটি, ইম্ফালগী মক্কমদা লিংঙমদবা লমন তোনশিল্লরবনি।

২৬/৯/৯১

শকখঙবিখিত্রবা নীংতম লান্মীশিংছুগী
থাশেংনখিবী মমাশিং অমদি
পিরোয়নহৌবী লোয়নবীশিংছুদা
খুংশিন্নজরি " মান্নদবা মীংয়েং "
নীংতম লালগী চহী চাম্মুগুবা কুমগনসিদা।

---

# য়াওফম


পাম্বৈ অমা/১১

চৎনবী/১২

খেন্নবা/১৩

অনৌবা পাউতাক/১৪

মহৈ চাবা/১৫

য়াখল/১৬

প্রেস ইন্টরভিয়ু/১৭

হোমলেন্দ/১৮

অৱাবা/১৯

থবক শীন্দোকপা/২০

লুপ্নিবদি/২১

য়াম্বোক থিবা/২২
মুংশিবা অমসুং য়ুম্বানম্রিম্নবা/২৩
পুখবা/২৪
পান্ডদবা কবি/২৫
অঙম্বগী পান্জল/২৬
মৈশা লাংলক্লবদা/২৭
মী মখল/২৮
পোখাবা/২৯
ময়াকুম্বা/৩০
অতনবা মীৎয়েং/৩১
অচুম্বা তৌবা/৩২
মহাও খঙবা/৩৩
কোক্লবা মচু/৩৪
চৈক্লু/৩৫
তেংথা/৩৬
মতীক চাবা মীহুৎ/৩৭
অশিবনা মনীং তম্বা/৩৮
মাঙশিল্লক্লবদা/৩৯
ইন্সপেক্সন লাকপদা/৪০
এক্সপ্লেনেসন কোল/৪১
মুংশিবদগী হেম্না মুংশিবা/৪২
ক্লেগ য়োনবা/৪৩
মায়োক্লরিবা লান্মী/৪৪
অয়োইবা মীৎয়েং/৪৫
পাউখোঙ/৪৭

মুংগী য়াকৎ/৪৮
নোকপা শাওবা অমসুং কপ্পা/৪৯
চৈয়াক/৫০
কোটা/৫১
লিঙ্গ ওনবা/৫২
মীৎয়েং চিংশিনবা/৫৩
সেলেক্সন/৫৪
য়ায়েকপা/৫৫
অথৌবশিংগী নীংশিং মুঙ্বী/৫৬
হুকচাং তংথায়/৫৭
মীনোক্লক্তা/৫৮
য়াহৌদোক/৫৯
অহোবা মেনবা/৬১
অয়াবা অমা/৬২
শাম্নপোৎ/৬৩
কাতি থাবা/৬৪
অনৌবা মশক/৬৬
পুন্সিরোল/৬৭
অমৃত্ত/৬৯
মমা মপা অমদি মচা/৭০
ইম্ফাল মচা/৭১
মঙাল/৭২
লাইশুং/৭৩
চানিংবা/৭৪
নৈথাইবা/৭৫

মায়থীবা/৭৬
কুমাংবান/৭৭
অশিংবা ওইবা/৭৮
টেম্পোরেরী/৭৯
চিংনবা/৮০
খেন্নবা অমা/৮১
কোপ্পা অমসুং য়েথোকপা/৮২
থাংজমদবা/৮৩
মীনোকুদা চৈনা/৮৫
হরি শয়ন/৮৭
খোইনা চীকপা/৮৮
মীত্রংগী পাত্র/৯০

# ১ পাম্বে অমা

চহী কয়া চূপ্পা ঐনা তাইবঙ মপুবু মুমীৎ খ্দিংগী খুরুমজে। অহুগা থম্মোয় শেংনা নিজে :—

" মীৎনা কুপ্পাদা ঐনা ওইনিংবদা ওইবা য়াবা অতোপ্পবুস্থ ঐনা ওইহল্লিংবদা ওইহনবা য়াবা অহুগা থোকউদা থোকউস্থ য়াবা য়াই অমত্তং পীনবিয়ু।"

পাক পীরক্কে। পীবিনি পীবিরোই হায়বগী শামিন পীরকপস্থ তোদে অহুবু ঐ নীংহন্নদে। মুমীৎতু খক থাজরুদে। য়াম্না অরোমবা খোম্থোক্তা মশাগী মশক ফাওবা লোৎশিঞ্জরহুনা তাইবঙ মপুনা হায়রকপনি :—

" ঙচানবা! নঙনা নিরিবা য়াইদ্রু লৈবদি লৈ। অহুবু লুরিবদি মহু ঐনা নঙোন্দা পীবদি ঙমদে। নহাক্না লৌজগদবনি।"

মশক্তী উদে। কোইরৈ লৈহুনা য়েংলুই অহুগা য়াম্না খঙনীংনা হংলুই :—

" পোৎতুবু কদায়দা লৈবগে ?"

মহাক্না তনখুম খুমকই :---

" হেরা ননাক্তা নক্না লৈগ্রপোৎনিদা. . ."

পাউখুমহুনা ঐবু হেন্না লাঙতক্নহল্লম্মী হংলুই :—

" অহুবু করিনো ; হেক্তা হায়বিয়ু কৈদোবগে? "

মহাক হাইফেৎ নোকখিবগী মখোল তায় অহুগা নোক্লিংবা ফারপ্ তোবা ঋাঙাঙদা হায়রকই :—

" চৌক্রি...নি...দ...না.... । "

৬/১০/৯১

---

## ২ চৎনবী

মণিপুর য়ুনিভার্সিটিগী ষ্টাফ ক্বাটর পরেংনি। চৎথোক্লমদাইদা ফনেক্ ফোরম্লগীদমক্ মাগী নুপীচুব থীনা চৈরি। চাক্লুক শমলুবদগী খুপাক্ চারবা হৌদোঙগুম নুপীচু মমায় মমীৎ ইশু-শুজিল্লহুনা মাচৈচু থাঙলি। তঙ্গাচুদা মযাং ধোবী অমনা মকোক্তা ফিরোম অমা থাঙ্গৎলহুনা কোম্বোঙ মপা-মপাচুদা লাউরকই— " ফনেক্...সাড়ী.... "।

২৮/১০/৯০

---

## ৩ খেন্নবা

লাই খুরুম্বা চৎলুরগা হেক হল্লকপদা ঐনা ঐগী নুপীদা হায়—

" মফমচুদি তশেংনমক্ লাইরৈবাক্নি। য়েংলু-য়েংলুবদা অয়েকপা লাইঙুম মীৎফম হোংবা য়াদবা মথৌ হেক্ নীংথিজে। থরো থম্বাল কয়ানা ফৃগায়না শাৎলি ....।"

মরক্ থৎনা ঐগা চংমিন্নরুবা ইচানুপা অতোম্বদুনা হায়রকই :—

" অতুকনে মামা. থম্পান মলক্কুতনে ইলোইহ অচৌপা অমম্ভ ইলোয়হৌষ্ট....ঙো...।"

২৯/১০/৯১

---

## ৪ অনৌবা পাউতাক্

লমহাঙনি। মী পঙচং চৎনদে। লম্বীগী নাক-য়েংতঃ লৌবুক্তঃ পাক্‌শন্না শন্দোকখ্রি। ভিপ অমা য়াঙনা থৌরকই। মুন্না য়েংলুই। ইনাক হেক নকশিল্লকপগা ভিগ্গুদা খংচোং চোংশিল্লুই। ব্রেক খংফঃ ফাখি। ঐ করিস্নু শোকহৌদে। ড্রাইভরদু গাড়ীদগী ক্রমথরকই। ঐঙোন্দা থীনা চৈরম্মী। শাওনা গাড়ীদা কাথৎখি। থৌখি।

ঐ য়া ঙাঙদে। লাপথোকখ্রবা গাড়ীদুদা মুন্না য়েংলুই। খঙহৌদনা নঙন্দা কনানো অমনা থেংলকই। খংপ্রেক খংই। হন্না য়েংথোকলুই। চম্নোৎনবা নুপা অমা ইনাক নক্না লেপ্লম্মী। হাইফেৎ য়েংলকই। নোক্‌শিল্লক্‌ই। ঐ শাওনীংলুই। ইথৌ থৌশাদনা হায়রকই :—

“অপঙবা! শিজগে হোৎনরিবদু তন্ত্রা? নথম্মোয়দু কায়রগা ফোংচিল্লুদনা। ঐস্নু হান্নদি থম্মোয়সে হঞ্জিন-হঞ্জিন কায়রম্মী। অদুবু কল্লবা য়োংকী তারানা অস্নুম ফোংচিনখিবদগী হৌজিক্তী কায়বা য়াবা তোংশা মচেং অমত্তস্নু য়াওদ্রে। থম্মোয়সে তশেংনমক্ য়োংকী ওনগ্রে অমুক্তস্নু ময়ি চংদ্রে।”

৩০/১০/৯০

---

# ৫ মহৈ চাবা

মাবু নেকপা লাক্লিবা নূপাতুদা উকিলতুনা হায় :—

" নচানূপীমক্তদবু অতুগুম্বা লীচং চংলুবতুমক্তী নংস্তু লান্দি লাল্লিদনা। "

নূপাতু মমায় হাইখেং ওাগুশিনখি, তপ্পপ্পা হায়রকই :—

" যাবুগী মীৎয়েংদি ঐ খগুজদে। অতুবু, ঐগ্তোন্দদি থোইদোক্লা কায়দগ্রা খঙ্গরিবা ...। "

উকিলতুনা ওকলপ্ হংলকই :—

" করিগী ? "

নূপাতু মমায় লূকথরপ্ তৌখি। অতুগা মাগ্না ইকাই হঙ্গোইজবা মওংদা শোম্বাংননা হায়রকই :—

" ঐদি...ইশানা থাজবা হৈবু ইশানা ইচম চম্না চাজকবত্তনি। "

২০/৪/৯১

---

## ৬ ব্লাখল

যনগোন অমদা যন্থী খ্ৎল্লিবা নূপা অমনা মাগী নূপীচুদা হায় :—

" যন হায়ব্রসিদি কয়াদা পঙগ্রবনো ? মশাদি লায়রদনা যন্থী ফাওবা অস্নুক য়াম্না কান্নৈ হায়বা মখোয়দি উনা-উনা শুকখঙ খঙবা ঙমজত্রবনি । "

নূপাচুগী ব্লাচু তাবদা যনচুনা মপূক্লীংদা চাউথোক্লা খল্লী :—

" হে অপঙবা, ঐখোয়গী যঙ্গোম খন্ন-খন্নদং নখোয়দা খাইবিরগা ঐখোয়বু চাবা থাকহনবতা নংতনা ঐখোয়গী অমাং-অশোই ফাওবা নখোয়বু শেংহল্লিবসে নখোয়দি খঙজত্রা ? "

২/২/৯১

---



# ৭ প্রেস ইন্টরভিয়ু

মল্লেংজুমহু হাইক্লেংতং ইনথংলমলগা মুখ্য মন্ত্রীনা হায়রকই :—

" লৈতা লায়রবগী মতেং পাংবা হায়বসি ঐখোয়গী সরকারসিগীদি অমত্তা ওয়রবা পান্দমনি। "

রিপোর্টর নহা অমনা মরকথংনা ইখঙ খঙহৌদনা হংলকই :—

" অদুবু সার, শেঞ্জাও পায়বা কয়বাররাল। নত্রগা ওফিসারদতা সরকারগী শেন্থং অমদি মতেং ফংহল্লিবসিদি করিগীনো ? "

মুখ্য মন্ত্রীনা চীং লেমনা খুমলকই :—

" মরমদি মখোয়মুক লায়রবা অমদি অনংবা লৈতে। "

মাগী পাউথুমহুদা রিপোর্টর নহাডুনা ওক্না হংলকই :—

" হায়বদি ... ? "

মুখ্য মন্ত্রীনা নোকফেৎ তৌনা খুমলকই :—

" হায়বদি মখোয়গীনি হায়বা মশাদা মথম্মোয় মচেৎ অমফাওবা লৈতে। "

৪/২/৯১

---

# ৮ হোমলেন্দ

উমংগী শাশিংনা মমৈ তংপা য়োং অমবু মখোয়গী লুচিংবা ওইনা থনখিবদগী চহী কুন্থ্রামুকসি মানা তাইবঙ মপুবু চেংনা খুরুমলকই। হন্দক চহী তরামুক্‌সিদা মাগী লাইনীং হেন্না চেংশিল্লকপঙুম উঙ্। নোংমদি ইথা থাজদনা তাইবঙ মপুনা মমাঙদা লেপ্লহনা মাগী অপাম্বা হংলকই। মতমমত্তুদা মহাক্না ঈচং থোনা খুমলকই :—

" ঐখোয় উমংগী শাশিংস্থু মীওইবদোনা য়া ঙাঙবা থোকহল্লু। নত্রবদি ঐখোয়না মীওইবদা ঐখোয়গী পূক্নিংগী য়া ফোঙদোকপা ঙমদে। "

মতমত্তুদা তাইবঙ মপুনা মঙোন্দা অমুক্ হংলকই :—

" নখোয়না মখোয়দা নপূক্নিংগী য়া ফোঙদোক্লগা কৈদৌননি ? "

য়াহংতু তাবদা য়োংহুনা মরেংজুম ঈনখৎলহনা পোংলপ্ হায়রকই :-

মতমত্তুদা ঐখোয়না ঐখোয়তগী ওইবা তোঙানবা হোমলেন্দ অমা মখোয়দগী মুনহনা লৌগনি। "

৮/২/৯১

---

# ৯ অরাবা

অঙাওবা অমনা লম্বীদা ফিংনা লাকপা অতোপ্পা অঙাওবা অম্নবু খামলদুনা হংলকই :—

" অদুক ফিংনা চৎলিদুবু কদায়দনো ?"

অনীশুবা অঙাওবদুনা তেন্না খুম্নকই :—

" চুমথাং মখোঙ থিবা।"

অহানবগী অঙাওবদুনা মথা তানা হংলকই :—

" করিগীনো, কৈদৌরে ?"

অনীশুবা অঙাওবদুনা হাইফেৎ শুকথরদুনা হায়রকই :—

" মচু তরেৎকী চুমথাং মখোঙ অম কদাইদগীনো খঙদনা ঙরাং অহিং ঐগী থম্মোয়দা তারম্মে। অতোপ্পা মখোঙ নাম্মদু কদায়দা তাবগে হায়দুনা কোয়থি থিরিবনি। মনাক্তা থম্মুনবা।"

মাগী রাদু তাবদা অহানবগী অঙাওবদু মপূক পায়দুনা শিথ-শিথ নোকই। অদুগা নোক্লীংবা রানা ফাথরদুনা শ্বর থবেৎ-থবেৎ হোনবা মখৈ হায়রকই :—

" নঙগীদি অমখক্তবু তারিনে। ঐঙোন্দদি চুমথাং মখোঙ অনীমক উনা-উনা পুল্লপ তাশিনগ্রবনি। মখোঙ নাম্মত্তা লৌবিনবা অম্মুক কুইবসি থম্মোয় অমদুং থিরকপবু ফংজ্রিনে। খাঙজিল্লু। কুইরগা হৈনরকপনি।"

১০/২/৯১

---

মাঙ্গলবা মীৎয়েং/১৯

## ১০ থবক শীন্দোকপা

অশি লাল্লোই হঞ্জবনা থোংঙারেন্দা নোল্লুক্লা হংজৈ —

" ইনীংথৌ ! ননাই থৌগল্লোয় খৃদিংমক পুরগা ভারতকী মফম খৃদিংদা চাইথোক্লুনা লৈগদবগী মরমসিবু খঙজবা য়ারোইদ্রা ? "

অশি থোঙারেন্না শাওরপ্পা হায়রকই —

" হুংঙাইখিদ্রেদকো অচানবা। অহুক্ ঈ-পাঙি অমত্তা খঙদ্রবদি করম্না নঙনা থৌ পুগনি। য়েংঙু, ভারতা খৃদকী মীথল তৌননবা মতম লেপখ্রিবসিদি।"

২২/৫/৯১

---

## ১১ লুরিবদি

মাগী মতৌদুদা মুংঙাইতজুনা ঐনা মাবু থেমজিনবগী মওংদা হ যখি :—

" নশা নশা যংনরগা লোইরেদা। ঙহ্‌ং অমঙুং ফাকববু কৈদৌগে ? মশানা যানা চেনখিবস্থ নংঙবন্থবু।"

মানা হাম্নদগী হেন্না মুকথবজুনা হায়রকই —

" অদুবু মরূপ, মশানা যাজত্রবস্থ লৈদা খোইমুনা নমজুনা তোংশিনকপদা শু.গী লৈহীদা চূপ্পগা তোকপিথ্রবদি ফজৌবা। লুরিবদি, লৈযোন্দুদস্থ মমজুনা খিনদংলম্মীনে। মতুদনি লৈনা চোইবমগদৌরিবা ..।"

১৬/৮/৯১

---

## ১২ ৱাহৈনথোক্ থিবা

"মীতৈ নূপাশিংসিগী মিংগী মমৈদা সিংহ তারিবসিনি। চম্না থক খঙ্ঙনু। নোংশাগুম্বা থৌনা ফবা লিংজেল লৈবা ঙাক্তুনি।"

ঐনা ইশাগী ইজাতিবু থাগৎচরদুনা মীরম মচাদুদা চাউথোক্লা হায়রুই। মানা অমুক মথা তানা খঙনীংনা হংলকই — "নূপীদি"?

ৱাহংদুনা ঐবু অমুক্কা হেন্না মথোই কাইহল্লম্মী। হায়রুই —

"নূপীসুনি। অচম্বা অমত্তা নত্তে। অদুনবু মখোয়গী মমিংগী মমৈদা দেবী তারিবসিনি। দেবী হায়বদি দুর্গানি। দুর্গাগী শক্তি চেনবী ঙাক্তুনি। মসিদি নঙসু য়ারিনিদা?"

মহাক য়ানিংলবগুম মওক নোম্মী। অদুবু ঙাইহাক লৈরগা অমুক হায়রকই — "অদুবু ঐনা চময়বা অমদি লৈরে।"

হংলুই, খরদং পোংলপ্পা — "কৈনো? হেক্তা হংঙুনে।"

মহাক্না নোকফেং তৌরগা মতং-মতং ওইনা হায়রকই —

"দেবী হায়বদি দুর্গানি অদুগা সিংহ হায়বনা নোংশানি হায়বদুবুদি অদোম্নসু হায়বীরে অদুগা ঐনসু য়াজে। অদুদা, দেবীগী শাদোংদি সিংহ হায়বদি নোংশা ওইবনিনা মীতৈ নূপাশিংসিবু নূপীশিংসিনা....

....আ . ঙম্বগুম্বা.... শীজিন্নবগুম্বগী... ভাব... অমা.... আ...সুমদোবা....

...হায়বদি ... অ ......।"

২১/৫/৯১

---

# ১৩ নুংশিবা অমসুং য়ুম্বানমিন্নবা

মানা য়াম্না ঈচং থোৌনা হায়রকই :—

" মহাক্ মৌ ওইবতা নংতনা মচানুপা অমত্তু লৈরবনি হায়রবঃ ঐ হেন্দোক্লা থঙই। অদুবু ঐগী ওইনা মাবু লৌশিনবা অমদি পুন্সিচুপ্পা লৈমিন্নবা হায়বসে ঐগীদি লেঙদ্রবা ফিরেপ্‌নি। "

মাগী ঈচং থোৌবা ঙাঙাওদুনা ওকহল্লুরমাল্লে। মনাক্তা ফমলিবা মাগী মরূপ্তুনা মঙোন্দা হংলকই :—

" করিগী ? "

ইকাইবা হঙ্গোইবা অমত্তা য়াওদনা মানা মখা তারকই :—

" ঐ মাবু তশেংনা নুংশি। "

মাগী পাউথুমদুনা মাগী মরূপ্তুবু নুংঙাইহল্লূরব্রা থঙদে। পেম্না নোকথোরকই অদুগা নোক্লিংবা ঙানা ফার-ফারদুনা হায়রকই :—

" নুংশিবা! নুংশিবগী হায়রুরবদি ঐদি মালেমসিদা লৈরিবা অচৎ-চৎতা থৃদিংমকপু লোয়না নুংশি। নঙগী মীৎয়েংদুদা য়েংল্লুরবদি ঐবু অচৎ-চৎতা পুম্নমকসিগা পান্নদুনা লৈমিন্নবা তাব্রিব্রা ? "

৪/৪/৮৯

---

## ১৪ পৃথবা

" লেখা বোয় মথায় পীবতু অমত্তা পীবিরকউবা....।"

লৃপা চংপী অমা পীশিন-পীশিন্না পোৎমাঙদা লেপলিবা নুপাহুন। ঐঙোন্দা হায়রকপনি। খুমলুই :—

" ফনি। অহুবু পৈশা অচোয়বদি লৈত্তে। মথায় পীবা মিঠায় অসিমা হাপচরক্লগেকো।"

মানা নোক্কুনা হায়রকই :—

" মথায় পীবা মিঠায়বুদি ঙরাং সোম্না ফনবিরকপহুগী ঐঙোন্দা য়াওজরি। মসি হেক্তা থমজরমলগে।"

হায়না-হায়না ইথৃৎনা পায়রিবা লৃপা চংপীহুগা বোয়হুগা লৌশিনখ্রগা মথায় পীবা মিঠায় অমা ঐঙোন্দা লানশিল্লকৃই।

১৯/৫/৯১

---

## ১৫ পাঙদবা কবি

ৈকথেলগী কুংলবা মীয়ক্তু খায়না চমোৎনবা অমদি মকোই মরাং চোম্বা নুপা অমা চেল্লকই। মথক্রো চে-কলম পায়। মীঙোন্দা ওনশিন্ ওনশিন্দুনা লাওই:—

"কনবিয়ু, ঐবু অমুক্তা কনবিয়ু।"

ত্রাফিক্ কন্ট্রোল তৌরিবা পুলিসতুনা মাবু থাম্লহুনা হংলকই—

"কৈদৌরে?"

নুপাহুনা মুংশা ময় থবেং-থবেং হোল্লহুনা পাখৎনা হায়রকই—

"শৈরেং থয়না ঐবু ফাগদবগী তান্নরক্লে। হেক কংখিবদা ঐবু নমহুনা ফারগা মখোয়গী মরমদা হেক্তা ইহনগদৌরিবনি।"

পঙ্খরমদে। চেনখি। মচীন্দা অম্নুম্মক লাওখি—

"কনবিয়ু, কনবিয়ু। ঐবু অমুক্তা কনবিয়ু।"

২২/৫/৯০

---

# ১৬ অঙম্বগী পাঙ্গল

ইনকারী লাকপা নূপাহ্না হায়রকই —

" ইবুংঙোদি ভারাদস্থ লৈবনি। য়ুম হিঙ্গোল লৈবস্থ নংতে। করম্না যন লোইবগী শেন্থং সরকারনা পীগনি। মীনা খঙনরক্কনিনে।"

ভারাদা লৈরিবা নূপাহ্না নোক্কুনা খুম্নক্ই —

" তামো, তামোনবু য়ারবদি পূম্নমক ইয়া য়ানিদা। মীনা খঙনবা খঙনদবগা সরকারগী শেন্থংগদি মরী লৈনহন্বগন্থু।"

নূপাহ্না হায়রকই —

" নহেননে ইবুংঙো, মীনা খঙনরক্কুনা খববদগকা হাপ্নক্লবদি নঙগীস্থু ঐগীস্থু ফরোইনে।"

ভারাগী নূপাহ্না নোক্কুনা খুমলক্ই —

"তামো, ইচম চম্বা শেন্থংসিদি থম্বু থম্বীখোনে। লমদমসিগী চংনবীদি তোংঙানবনিদা। চৈশু পায়বা হন্নবা অমা হাংখিবহ্নু নোংবু ঙানগ্রবদি লালহৌবা নহারোল হেক্তা ওলহনখিদনা। ফ্রৌংখাউদা থেংপা কলম্না নোংমৈ অতুগা পায়খিবা চৈশুহ্নুনা হেণ্ড গ্রেনেট্ হেক্তা ওটহনখিত্নদি। মীন্নাম পূম্নমক্না অচুম্বহ্নু খঙনরফাওবা মীহাংপত্নদা কনানা করিবু তৌনখিবগী পাউ তানখিবগেনে ?"

৮/২/৯১

---

# ১৭ মৈশা লাংলক্লবদা

মনাক্তা ফল্লিবী নুপীতুদা মানা হায় — "লুহোংলসিদনা ?"

নুপীতুনা নূপাতুদা মীংচিনা হাইফেং লৈথংতুনা য়েংলকই। অতুগা নোকমি নোকমি তৌরতুনা লূকথখি। নূপাতুনা অমুক তকশিল্লকই —

"সেবা। য়ারবা নত্রো ? য়ারেকো...।"

নূপীতুনা ওইনরপ তৌবা মওংদা খুমলকই — "তল্লিদা।"

নূপাতুনা শাওশিন্নরতুনা হংই — "করিগী ?"

নূপীতু খুমলকতে। মোমোন্তমক তৌরগা লূকথখি। য়েংথংবা খোঙবীনা লৈমায়দা তপ্পা তপ্পা তল্লকই। অতুদগীদি, নকশিন্নবদগী ফাওরকপা নুংশিগী মৈশাতু লোৎশিন্নরতুনা নূপাতুগা নূপীতুগী মরক্তা ওইনবতনা থল্লবা য়াইহৈগী লান তৌনরকই। নূপাদুনা হংজিল্লকই —

"অদুবু করিগীনো হায়বা ?"

"খঙদেদা।"

"খঙদবা য়ারোইনে। মরম অমদি শোয়দনা লৈরমনি।"

"নঙনা ঐবু তশেংনা নুংশি নুংশিদেস্থু খঙদনা...."

"নুংশিরিসিদি।"

"ই ! ই ! করম্না ?"

"থুমগুম্না।"

"মদুনি, হেন্না কিরিদি।"

"করিগী ? থুম থাক্রুদি য়েঙ্গাং মহাও খঙব্রনে ?"

"অদুবু থুমদি ঈংলগম্থু অদুগা শারগম্থু শোদোকইনে।"

"তৎতনা শোদোক্লগা কৈদোগে ?"

"অনীদগী হেল্লক্রবদি কমদৌনি ? সরকারনদি ঐথোয় অনী ঐথোয়গী অনী হায়রিসিদি।"

১৪/৮/৯০

---

## ১৮ মী মখল

শম কক্ফমতুগী চৌক্রিংতুদা হেক্ ফমথবগা ঐনা হজামতুদা হায়রুই:—

" ভয়া। চহী শাংনা শম কক্লবনিনা মী মখল কয়া কয়া থেংনরম্লনিনে ? "

মহাক্না নোক্তুনা খুমল্লকই :—

" বাবু ঐখোয়দি সংসারসিদা লৈরিবা মীশিংসি মখল অনীতমক ওইনা উজৈ। অমনা মশাম খোইবা অতুগা অমনা খোইদবা। "

২০/৫/৯১

---

# ১৯ পোথাবা

মঃনা হেক শিখিবদা লৈহৌবা মরল মথুমছুগীদমক থৎনহৌগদবা মচাশিংগী মওংছু মহাক মুন্না থওই। অদুবু করিদি পাম্বৈ লৈরি? অশিবনা মনাক্তা খোঙলৈ থুনা লাকপগী শাহুমদি মাগী লৃ-তোংদা লেপ্তুনা য়েৎরে। হৌগং-কাঙথং ওমশিল্লক্রবসিদদি মচাশিংছুবু কৌশিল্লগা মানা হায় —

" ইচাশা, ঐনা লৈখিদ্রবা তুংদা নখোয় নচিন্-ননাও থৎনম্লু। পূকচেল খোয়জেল তিন্নবা লৈমিন্নৌকো।"

মচাশিংছুনা মমাগী অনীংবছু থুংহনগনি হায়না মমাঙমক্তদা রাশকই। অদুবু, মচাশিংগী চেংলবা রাশক্তুনা মাবু মুংঙাইহনবদি ওমদে। মীৎকুপ থৃদিংগী অরাবা রাখলছুনা মাবু হঞ্জিন-হঞ্জিন ওৎলি। রাররুবা মতমদুদদি লৈখিদ্রবা মপুরোইববু নীংশিং-নীংশিং মমীৎতু মপিতনা থৃমলকলে।

ইথা থাজদে। ওসিদি মাগী মমঙদা নোঙ্গাওবা মপুরোইবনা মনাক্তা ফমলরে। ল্লহোংবা ছুমীৎকী অহানবা অহিংদ মপুরোইবনা মনাক্তা ফমলবদ হুনখিবা থবাক্কী মিছুলদু ওসিম্লু খওহৌদনা মঙোন্দা হুল্লক্ই। ফাজোইনরবা মশমদু মপুরোইবনা হাইফেংতং নাম্থবিরক্পদা মাগী মুং-পান অনীমক ঈনৌ নৌথোকপগুম তৌরকই। নোকমি-নোকমি তৌরদুনা মপুরোইবনা মঙোন্দা হায়রকই —

" চৎলসিদনা। ঐঙোন্দগী নচাশিংনা হেন্না মুংশিত্রা? ঐগী ইথাসিবু নহাক্না করিগী অদুক য়ান্না হঙ্গোইরিবনে?"

মীৎকপ থংথোক্ থোকই। তরং মালঙ অমদা মমীৎতু য়েংই। হৌখিবা মঙলান্ অমদা অমুক লৃপ্নগুম তৌই। নোকমি-নোকমি তৌরদনা মমীৎতু উইশিনখি।

৫/২/৮৯

---

## ২০ ময়াকুম্বা

উচিন নাচিন্না মাগী লুহোংবছু লোইখ্রে। ইমুংদুদা তিল্লখ্বা মরী মতা অমদি থঙন-চান্নবশিং লোইনা হন্নখ্রে। লৈহৌরিবা হায়ববু ইম্ফাল নুপী লৌবা য়ুমশেন্নবগী মমান্নবছুতমক ছায়হৌরবনি। মাদুসু থিন্দোক থিন্দোক্লা হায়রকই :—

" মপান্দা লাইরিক তম্মিবনি হায়তুনা লৈহৌরিবী ইম্ফালগী চাওখৎলবী নুপীশিংছু উরুবদা ঐদি পুনতন হেক তনবনি। সৈতা, অয়াম্বা লৈশানরমদৌ মান্দেবু। নুমিদাং চুপ্পা অমা তোটেলদা ক্লবতা... মথোঙ কয়া চারমদৌ মান্দে।"

অচুদগী অমুক খরদং নোকফেং তৌরগা মথা তারকই : —

" অচুননে, লাইরিক কয়া হৈজদ্রবসু অথাম্বা খুঙংদা লৈবীসিবু ঐনা লুহোংবা য়ারুরিবা ....। "

মাগী ব্রাছু তাবদা মমান্নবচুনসু নোকফেং তৌনা হায়রকই : —

" চিংনবগী মীৎয়েংনবু য়েংলবদি লোইনমক চিংননিংডাইনিদা। খুঙংগী লৈশাবীশিংসু লীকোনবু শান্নরবদি অহিংচুপ্পা ময়ুমদা হজিনপোৎ নত্তে। অচুগীসু মথক্তা অতৈ মতমদসু অহিং-অহিং লফু মখোঙদা নত্রগা শম্বল মরুমদা মহা মিলন। থাজনা ইকায়জব মঙ। লৈচিলদা লোৎতুনা খাঙবা ... হা .... নত্রনে ? "

১৪/৭/৯০

---

## ২১ অতনবা মীৎয়েং

" খরা থুসকো।"

" অত্থুক য়াম্না পাঁরিছ্ধি ?"

" সিদি ময়ামগী রেট্নিদা।"

" অত্থুদি কৈদো থুদোরিবা ?"

" চেক য়াম্না কনখৎলক্লে। করিগুম্বা থেংনথ্রবদি নঙগীস্থু ঐগীস্থু ফত্তে হায়বগী ব্রানিনে।"

ন্পাছুনা মশাদা শেৎলিবা ফনেক্কী ফিজিন্দু পায়খি। ন্পাছুনা মশাদা লীৎলিবা ফুরিংকী কুদামছুদা মহাও য়াওদবা মীৎয়েংগা লোয়ননা তম্না য়েংথৈ।

২৯/১০/৯০

---

# ২২ অচুম্বা তৌবা

মতম কয়া রাজনীতি তৌরক্লবা মক্লপ্ অমনা ঙৈহৃদা কাখংতুনা ঙাঙই :—

" লায়রবা মূংথংকদবনি। শেঙ্গা থুমজা মাঙহনগদবনি : লৈবাক্কী য়াইফনবগীদমক্ থরায় হুকচাং কখোক্কদবনি। ইশাগী ওইজবা থূদিংমক থাদোক্কদবনি।"

মহাক্কী ৱাঙাংতুদা তারিবা মীয়ামচুনা থূবাক প্রোক্-প্রোক্ থূই। মানা য়াম্না চীংলেম্না ঙৈজ মথক্তগী মপোপ্ কায়দনা কুমথরক্লগা ইনাক্তা ফমথরকই। ঐঙোন্দা য়েংলগা নোকমী-নোকমী তৌরকই।

থৌরম লোইরবা মতুংদা ইবানি মাগী কারহু তোংতুনা লাকই। ঐখোয়গী য়ূম তমলকই। কোম্থোঙ মপাদা ঐনা কুমথ-কুমথনা মঙোন্দা হায়রুই :—

" চহী অমুক কুইনা নঙনা রাজনীতি য়াওরকপসিবু ঙসিগী ভাযন্দুদগী সুকহোং হোংদে। অদুবু নশাদি শেঙ্গা থূমজাগী, রানোম্বগী অমদি ঠিকা লৌননবগী কোয়চেল চেল্লী। নঙনা ঙাওলিবচুগা তৌরিবচুগবু ইমান মান্নদ্রেনে।"

মহাক হাইফেৎ নোকখি। অমুক্কুং খোদেমলগা হায়রকই :—

" নহানমখেে চহী কয়া চুপ্না লাউরক্লিবসিদি মীচম প্রজাগীদমক্তনি। ঐখোয়গুম্বা নেতাশিংগী নত্তেনে। নত্রগবু খাদিগী ফৈজোম পূময়াংসিগী করি অর্থ থোকখিগদগে ?"

১২/৪/৯০

---

# ২৩ মহাও খঙবা

য়ুমলোন্নবগী নুপাচুদা ঐনা হংই :—

" তামোগা ইতৈমগা করিগীনো মমীং খুদিংগী খৎনরিবহুবু, তনজ্রা ? "

মহাক হাইফেৎ য়েংখৎলকই। নোকফেৎ তৌরগা মমীং থকু খৎচিল্লকই। হায়রকই :—

" নয়াম্বদি হন্নুবমক নম্রিবনিনা চম্ফুৎ চাবা কয়া হৈনদে। থুম মোরোক থরদং থাক্লগদি হেক মহাওই। হা! করি হায়গে? "

১২/৫/৯০

---

## ২৪ কোক্তবা মচু

মযাং ভিক্ষারীদুনা লোটরী টিকেং কক্পদু উবদা ঐনা ঙক্নুনা হংই :—

নুমীৎ চূপ্পা অমা নঙনা নোংজু নুংশা থাক্কবা মখে মীগী থৌজাল ঙাইকরগা ফংলকপা খরদুদগী অমুক টিকেং কনথোকলিবা করিগীনো ? ”

মহাক্না নোকফেং তৌদুনা হায়বকই :—

“ করিগুম্বা লাইবক ফত্তুনা ফার্স্ট প্রাইজগক হেক ফাংবকলবদি কার অমত্ত' লৈগে তৌবনি। ”

ঐনা হান্নদগী হেন্না ঙকলদুনা হংলুই :—

“ করিগী ? ”

মানা হান্নগুম নোকফেং তৌরদুনা অদুম মখা তাংরকই :—

“ মতমদুদদি কৈথেলসিমদুদা নিবগী মহুৎ কাবদু তোংলগা কৈথেল খুদিং থুংনা চৎতুনা নিবা ঙমলনিদনা। ”

৬/১/৯১

---

## ২৫ চৈফ্‌

চীংমী প্রোফেসারতুদা নৌনা চঙলকপা প্রোফেসার শর্মাতুনা ফাগী ওইনা হায়রকই :—

" ওজাখোয়দি ঐখোয়দগী হেন্না পৈশা পায়বিরিবনি। থাগী তলবস্তু ওজাখোয়না সেলেক্সন গ্রেট ওইবিবনিনা ঐখোয়না ফংজরিবা অসিদগী শরুক অনীরোম হেল্লী। অতুগা ইনকম টেক্সতি তলব মচা চাবা ঐখোয়দমক থীহনবিবসি ফত্তেনে। "

মাগী ৱাহৈশিংতু তারগা চীংমী ওজাতুনা নোকল-নোকলগা হায়রকই :—

" ঐজ্ঞামচা, ঐখোয়দি ব্রবুবাহনগী মচা-মশু নত্তেয়ে। "

১২/৮/৯০

---

## ২৬ তেংথা

গণতন্ত্রনা মু'হীরবরা খোঙ্ঙেলদা কপ্পুনা হাংবগই :—

"হে তাইবঙ মপু, ঐবু অমুক্তদ নোংমৈ চান্দোক্পগী থাংথবিযুগবা ....।"

২২/৫/৯১

---

(রাজীব গান্ধী হাৎখিবদা ইবা)

মান্নদবা মীৎয়েং/৬৬

# ২৭ মতীক চাবা মীহুৎ

এলেক্সন মিটিংগী চরাংনরিঙৈ মরক্তুদা হৌোই তাংশাং অমনা মাইক্রফোন্দা ফল লাওন। চোংখৎলক্তুনা নপ্‌খি। অদুগা হায়রকই :—

" ঐবু হন্দক্কী এলেক্সন্‌সিদা ময়ামগী মহুৎশিন্দুনা থাগৎপিয়ু। লেপনরিবা মীরেপশিংসিদগী ঐনা খ্বাইদগী হেন্না মতীক চাবনি। "

মাগী ব্লাডাওহ্ তাবদা ময়াম পূম্নমক তুমীন তুমীন লৈনখি। চিয়ারমেন্না হংলকই :—

" নহাক্না খ্বাইদগী হেন্ন মতীক চায় হায়বগী মরম তাকউ। "

চিয়ারমেনগী ব্লাকমহ্ তারগা হৌোইনা মখো পোওনা হায়রকই :—

" চহী অম্নক কুইৎসি নখোয়না খনবা এম:এল:এ: অমদি মন্ত্রী অমক্না অকক্নবা পোলিটিকেল পার্টি অমদুদা লৈতে। চোংথোক চোংশিন তৌবতনা মখোয়গী হে শিংবগী খ্‌দম ওইনৈ। চোংথোক চোংশিন তৌবদদি নখোয় মাওইবনা ঐখোয়দগী হেন্নিংঙাই মরম করিবু লৈবগে ? "

১৪/৮/৮৯

---

## ২৮ অশিবনা মনীংতম্বা

চহীগী ওইনা অশিবশিংগী মীকোক থীবা চৎনুবা পাউখোল্লোয়রূগী রিপোর্টতু কূপ্না পারবা মতুংদা অশিবগী নিংথৌনা পাউখোল্লোযরূদা হংলকই :—

" চেরোলসিদা যাওরিবা অশিবশিংগী মমিংশিংসি যেংলুরগদি অশি লৈবাকসিদা অশিবশিংগী লৈফম চল্লবোই। অদুবু হৌজিক মালেমদগী মফমসিদা থুংলবিবা অশিবগী মশীংদি পংযাম যামদে। মফমসিগী রিপোর্টকা নওনা মালেমদগী পুবল্লিবা রিপোর্টসিগা মশীং অস্তুক যাম্না খেন্নরিবসিদি করিগীনো ? "

অশিবগী নিংথৌরূগী ব্রাহংদু পূক্নিং চঙনা তাবরা মতুংদা পাউখোল্লোযরূনা নোল্লুক্না হায়বকই :—

" ইনাংথৌনা তাকপিরিবরূ অচুম্বমক্নি। অদুবু মফমসিদা যৌবরূবা অশিবশিংরূদি মালেমদা মনীং তৌনা লৈথোকলি। ইনাংথোগী মাযোক্তা মখোযনা মখোযতগী ওইব অশি লৈবাক অমা শেমগৎনবা মালেমরূ খরুম চনশিনখ্রে "

৩০/৫/৯১

---

# ২৯ মাঙশিল্লক্রবদা

খ্বাইরম্বন কৈথেলগী ময়ায়মক্তদনি, অঙাওবা অমনা মীরক্তুদা থংলাও লাওরকপন্থু : -

" মণিপুরসে সনা লৈবাক্নি। মফমসিগী জগোয় ঈশৈ অমদি থাঙ তা পৃথিবীগী মফম খুদিংদা শীংথানিঙাইনি।"

চপ্ লেপ্থি। মায়কৈ মরীমক্তা কোয়য়েং য়েংই। অশাংবা শ্বর অমা হোন্দোক্লগা হান্না লাওখিবা, ব্রাহৈশিংছু হঙ্গিন হঙ্গিন লাওই। ময়ক-মরক্তা অমুক অমুকস্তু লেপতুনা কোয়েং য়েংই। খঙহৌদনা হান্নগী খোম্মোক হোংলকই। চংলিবা মীয়ামতুদা শাঙনা য়েংলতুনা মখনাও শেগায়দোবা মথৈ লাউরকই : -

" অস্তুক য়াম্বা মীয়ামসিবু অশাবা ঙাক্তুরো? অচুম্বা ঙাওলিবসিবু ননা ননাহু তাদ্রো? নমীংতু উদ্রো? খাদি শেংত্রবা স্তুট টাই তৌত্রবদি অচুম্বসি অচুম্বা ওইদ্রেনে হা? অচুম্বা রাসিবু ইমা লোন্দা ঙাওলবদি লাল্লী হায়বা তারব্রো? খবরগী চেনাতুনা অচৌ অশাংশিংগী কন্দুনা থমগ্রবস্তু নখোয় খুবাক্তদি খুবিরকপা য়াইদনা। মস্থুদ নখোয় শিরনিহে। জেল চঙলরনিহে। হে ভুংশা। ওক্তী মচাশা। নখোয়নবু মীনাই ওইদনা, মীগী লুখাক চাদনা কনানদি চারনি? নখোয় নংতনবু বনানবু মীনাই ওইবিরগদগেনে? নখোয়দা শিগ্রোনে মীথিবোঙ, মীতম্বালশা ....... ( মথং-মথং )। "

১২/৫/৯১

---

# ৩০ ইন্সপেক্সন লাকপদা

ছাত্রশিংগী অকনবা দাবীদগী ওসিদি ইথ। থাজদনা ইডুকেসন মন্ত্রীহু কলেজতুদা ইন্সপেক্সন লাকলে। অদুবু কলেজগী কেম্পসতুদা যন অমদি শগোল শঙ্গ্ - শঙ্গ্ লৈবতুদা মুংঙাইরমদে। কলেজ প্রিন্সিপালতুদা মানা হায়ঃ—

" চৌকিদারবুরা নত্রগা পিয়োনবুবা কনানো অমা কেম্পস মঙুংদা অহুগা কলেজ বেরেন্দা মথক্তা লৈ ববা যন শগোলশিংসি তান্থোকহনবা য়াত্র' ? "

প্রিন্সিপালতমা মোকমি-মোকমি হায়রকই ঃ—

" সার ! যন শগোলশিংসি চহী কয়া সরকারগী স্কুল অমমি কেম্পসতা অহিং নুংখিল চুপ্পা লেরমলগা কলেজসিদা লাকপনিনা ফনা য়াম্না তান্থোকহল্লবদসু চংলু ময়াদ্রে। "

২১/৫/৯১

---

# ৩১ এক্সপ্লেনেসন কোল

চীংমী মূপা অমা থা অময়োম ওফিস ক্বারক্তবগী মথকথোংবা ওফিসারদুনা এক্সপ্লেনেসন কোল তৌয়ে। অমুক শাংনা ওফিস কারক্তবগী মরম হায়ননবা ওফিসারদুনা শাওনা হংলুবদা নূপাদুনা ইশম শন্না থুমলকই :—

" সার, ঈশিং চাউদুনা য়ুম থুম্বগী লাক্পা ঙমদবনি। "

ওফিসারদুনা অমুকম্বু হেন্না শাওগৎলদুনা হায়রকই :—

" নচীন থীন্নু। চীংদবু ঈশিং থুম্বা ? "

নূপাদুনা ইতপ তপ্না অমুক থুমলকই :—

" সার। চীংদা ঈশিং থুমলকপদুদনিনে ঐনা ঙকচরিবসু। "

৩০/৪/৯১

---

# ৩২ নুংশিবদগী হেন্না নুংশিবা

মমায়দা চোইজায়ননা তারব্রিবা মশমশিংস্তু খোমগৎপিরগা ঐনা হায় :—

" নঙ ঐবু নুংশিব্রা ? "

মোমোন মীনোক অমগা লোয়ননা মনা মখা তাবকই :—

" নুংবুদি নুংশিয়ে অদুবু নত্তোন্দগীদি ঐগী ইথৎ অনীসিনতুম হেন্নামুক নুংশি "

ঐনা ওকনা হংলুই : —

" করিগী ? "

মীৎচিন হাইফেং-হাইফেং যেংলগা নোকমি নোকমি মান মখা তাথবকই : -

" নঙনা ঐগী ইতেং পাংবিদ্রবস্থ ইথৎ অনীসিনদি ইমুংগী কূপনোম শুবগী মথক্তা অমুক, নুংশিজগ্রবা নঙগী সেবাস্থ তৌরিসিদি মসিদবু কনানা নুংশিরোইদোইনো ? "

ঐনা শাণ্ডশিন্নবতুন কল্লপ হায়কই :—

" অদুদি নঙ নথৎ অনীতুগা হেক লৈমিন্নবো। "

মানা ওইনবপ্ তৌবা মঙদা মচীন পোঙথোক্লতুনা মঙক হাইরপ হাইরপ তৌবগা হায়রকই :—

" চো ! অদুদি ওল্লি কৈন্সু। "

১৪/২/৯০

---

মান্নদবা মীৎয়েং/৪

## ৩৩ ফ্লেগ য়োনবা

ওফিস কানরকপা মতমনি। লম্বীচুদা জীপ, কার, স্কুটর অমদি সাইকলনচিংবা কয়ানা চগুংননা থোরি। ছাত্র ছাত্রী শঙ্গু-শঙ্গুনা অরাকপা খুদিংমকপু থংতুনা " ওজাগী মুমীং " পাঙথোক্লবা ফ্লেগ য়োল্লি। লম্বীচুদা চংলিবা খুদিংদগী তেংবাঙশেন নিরি। মীতৈগী রাখলল্লোনবু চেংনা থাজজবা অমদি মতুগী ফিদমবু মাঙওইনজবা নূপা অমা লাকই। মাবুস্থ ছাত্র-ছাত্রিশিংতুনা খামলগা মখোয়গী মরক্কুগী অমনা নূপাচুদা ফ্লেগ পীশিন পীশিল্লগা হায়রকই :—

" তামো! ওজাগী মুমীং পাঙথোক্লবনি। অঙমবা শেনফম খরদং তেংবাংবিরম্মু।"

নূপাচুনা ছাত্র-ছাত্রিশিংচুদা মুন্না য়েংই অচুগা হায়রকই :—

" ইনাওশা, ইচনশা! নখোয়না পীরক্লবনিনা ফ্লেগসিবু দি লৌরগে। অচুবু নখোয়দা তেংবাংশেন পীবদি ঙমলোই।"

ছাত্র ছাত্রিশিংচুনা নূপাচুদা ঙক্লা য়েংই। মখোয়গী মরক্কুগী অমনা অমুক হংলকই :—

" করিগীনো তামো? "

নূপাচুনা য়াম্না চীংলেম্না খুমলকই :—

" মীতৈ ইপা ইপুদি মীঙোন্দগী নিদে। নখোয় মীতৈ মচা ঙাক্কুনি। নিবগী ইকাইবা থঙহল্লিংই। "

২৫/৪/৯০

---

# ৩৪ মায়োক্নরিবা লানমী

ডাক্তরনা পীরম্বা প্রিসকৃপসন্দু মুন্না য়েংলগা মমীং চেজেং উইশিনখি। পাঙথোরকপদা মমীং অনীদু মপিতন পীক থল্লম্বদগী পাথোরকই। হস্তামুক লাইহৌ হন্দ্রবা পীক্লিবা মচাডুনা মবুক্তা মনঙনগা শম্নবা মথৈ লোংথাক লোংনা হীপলিবদু মুন্না য়েংই। প্রিসকৃপসন্দু মথংনা পাযশিনখি। ফুক হৌগংলগা মপি তৈথোকখি। শকয়েং মিংশেলগা পুন্না উথোঙদা য়ানমিন্নরিবা হেত্তু বেকতুনা প্রিসকৃপসন্দু হাপচিনখি। মল্লবা মেকপ বোক্লতু পুথোরক্লগা মমায় মমীং য়েকশিন তৈশিনখি। মতুংদা লাইরৈবাক্কী লাইরেম্বী মান্না তপ্পা তপ্পা হৌগংলক্লগা নারিবা মচাগী মনাক্তা চডশিনখি। উনতনা কূপ্পবা পীক্লিবা মচাগী শোকচিন্দ্রবা মমাযদু অমত্তুং মুন্না য়েংলুরগা মচাগী মরাইবক্তা চুম্লিরকই অদুগা হাযরকই :—

" নিঙাই তৌরমমুকো। বোবোক কৈথেল কুমলকলনি। লৈ মম্নরম্মু। মমা নঙগী অচাপোং লৈরুগে। থুনা লাক্কে।

মমাডুদা হাইফেং য়েংলগা মচাডুনা পোরি পোরি তৌরডুনা হায়রকই :-

" মমা ঙসি মুংদাংদি হল্লকউকে। বোবোক্কা তুম্মিন্নবা তল্লী।"

নূপীডুগী মমাযদু খঙহৌদনা শং লৈথোকখি। থিংগংতুনা থমলুবা মপিদুনা মীংপান লান্না খঙহোদনা পাথোরকপদু খুংলৈ থুনা অমক তৈথোকখি।

২১/৫/৯১

---

## ৩৫ অরোইবা মীৎয়েং

অরোইবা চখোমদু চাবা লোইরবা মতুংদা ঈশিং খুজাইদু পায়খৎলগা হৌগৎকে হেক তৌরুদা নূপীনা প্রপ্-প্রপ্ চঙশিল্লকুনা ঐঙোন্দা পাখৎনা তমলৈ :—

" মনীংলোমগী খুরাদু কাবা লাক্লিমাল্লে। পুলিসনে আমিনে মখোয়গী হিঙ্গোন্দু পুংমু মহৌরে। "

ঐনা হৌগৎ-হৌগৎনা হংলুই :— " কৈদৌরুরেগে ? "

মখা তাথরকই :—

" হাকুম পুলিসকা কাপ্পবদা শিথিবা মচানুপাদুগা তিন্নরম্বা মমাল্লবশিংদুগী মরক্তগী খরা নহান অহিং লৈহল্লুবগী ওইরমাল্লে। নহান নোংয়ায় মতুংগী হুইখোংদু মওং তৌই মখল্লিনে। পুলিসকী মনাকোঙ ফল্লাংদা থেংলবা মতমসিদবু হন্নুবা হন্নুবীসি ঙাওবু ঙাওব্রা করিনো খঙদে। "

থাংদোকল্লুরবা খোঙথাংদু খোঙফম অমত্তং হুপ্লিল্লগা ঐনা অমুক হায়রুই :—

" ঙাওব্রা হায়রিসিবু করিনো ? অমত্তা পোকচবা মচাদুগা তিন্নরম্বা ঙাক্তা ওইরমনিনে। মখোয়দু হেক উবদা শিগ্রবা মচাদু হল্লক্লবগুম নীংলমলোইদ্রা ? অদু নৎত্রগমু, লাক্লিবশিংদু ঙম্নমক খৎলাই পায়বা ঙাক্তা ওইরমনি। তুংগী খন্দুনা লৈহল্লিংলুদ্রবসু করম্না খাম্বা ঙমলুনি ? "

ঐগী ৱাদু তাবোই-তাদবোই মানা থরা কল্লপ্ হায়রকই :—

" খঙদে, খঙদে। হন্নুবসি ফাগ্রবদবু হন্নুবীসি মথন্তমক অম্বুক চাওগ্রবা অমনবা য়ুমজাওসিদা করম্নবু লৈদোইনো ? মীওইবগী অনা অয়েক হায়বা অমসু মরৈরি। "

ঐনা রাফমতু লোইশিন্নবা তেমশিল্লহুনা হায়রুই :—

" য়ুমলোম্নহুনা লৈরবনিনা অতুগুম্বা অরা অনা তারকলবা মতমতুদদি খর-খরা ময়েংনবা তারেদনা। কনানা খঙনি, অশাবা লুংশিংসিনা মথং কনাদা অমুক থৈরগদগে হায়বা? "

মা য়ানিংত্রা য়ানিংদত্রা খঙদে। কবিগুম্বা খরদি হায়নীংবা মাল্লী। মথা তানা তারুদনা ঐ মনীংথোঙলোমদা চীন তেংথোকপা ওইনা থোকলুই। উই— য়ুমলোম্নবশিংনা হিংঙোল রাংমগী শম্বল মকুমদা ইকোয় কোয়না থোদোক্তু য়েংলম্মী। চহী হুম্ফুতরামুক শুববা হন্নুবতুগী মখুত্তু হেগু-কপ্ চল্লহুনা পুলিস গাড়ীহুদা সিফায় ময়াম চঙহুনা ঈনথুংপোই থাঙ্গংপোই তৌরি। হন্নুবীহুনা মাঙ্গোল উথোকতেন্দা ভাবগা মথোঙ মথুং শীং তিংথোক্তুনা গাড়ীহুদা থাঙ্গংখ্রিবা মপূরোইবহুবু মুন্না যেংলি। হন্নুবীতু কপতে, নোকতে। মচৌন্ধগী মথোল অমত্তম্ থোকুতে। হন্নুবীহুনা মপুরোইবহুদা যেংলিব মীংয়েংতুমক্ চহীমুক্কী মমাঙদা অমত্তা পোকচবা মচানূপাহুগী নোংমৈনা শিংকূপ শানা পাল্লবা হকচাংতু লৈকাইগী নাংথোক্পা য়াদ্রবা মীওই মঙা তকক্রা কূদা হাপ্তুনা পোংলোইনবা পুখিবদা য়েংখিবা মীংয়েংতুমক্কি হায়বা ঐদি খঙডী।

১২/৫/৯১

---

মায়দবা মীংয়েং/৪:

## ৩৬ পাউখোঙ

ঐগী খুনাং চারবা অমনবা দাইরীদু মোন ময়াদগী লৌখৎলুই। ইথা থাজদনা তগৎ-তগৎ তেক্লা পোমশাৎনরবী অতরগুলাব অমা দাইরীদুনা নম্থেকলম্মী। অতরগুলাবতুদা ঐনা চাগদোবগুম মুন্না য়েংলুরগা অশাংবা শ্বর অমা হোন্দোকলুই। থংনবা মীৎকুপ্পা অতরগুল্লাবতুগী মনাক্তা থ পচিন্দুনা থনম্বা চেজেংতু উরকই, ফাকতোকলুই। ইরম্মী ঃ—

" অতরগুল্লাবসে অঙাঙবনি

অহুবু ত্তিংখংদি পান্দবনি।"

ৱাহৈশিংদু ঐনা হঞ্জিন-হঞ্জিন পারম্মী। অহুবু ফনমক হোৎনদুনম্নু তৌরমলিবা থৌওংদুগী ৱাহন্থোক্ থিবা ঐ তশেংনা খঙলমদে। চঙক্লরিঙৈ মীৎকুপতুদা থোঙজিন ময়াদা ইতৈমনা চৎনা চৎনা ঐঙোন্দা ফাগীওই করিওই হায়রকপ। তায় ঃ—

" নঙোন্দা ঙাওজবীনি হায়রা, নঙনা খঙনা-খঙনা খঙজিন্নদবনি হায়রা অরাংলোমগী লৈশাবীদু নঙগী কাদা ইবেম্মগা কুইনা কমলম্বনিহে।"

১৪/৫/৯১

---

# ৩৭ নুংগী য়াকৎ

মোং ফুং ভানবদগী মুমীৎ তাথ্রবা মতুং মীয়াম্না তুম্নগ্রকাও ইমুংগী কূপনোমদা মশা পুমচোক চোকথন্নবী ঐগী নুপীবু ঐনা মুংশিনা চেজেং কোল্লহনা হায়ঃ—

" নঙসে অম্মুম-অম্মুম মুংশিরক্লেবু সৈত্য। মপোক-মপোক খুদিংদা ইবানি থুংনশিকো। "

মহাক্না ঐগী লেংজুন খজিক্তং ঈস্নোক্লহনা ঐঙোন্দা নোকমি নোকমি অমুক্তং য়েংখৎলমলগা লুকথখি। ঐগী থবাক্তা মাগী খোংলবা মমায়হনা তপ্লপ্না ঙাথরকই। য়েংকী মখুদোম্বী কাইরি কাইরি তৌবহনা ঐগী থবাক্তা তকপোই নানবোই তৌরগা অঙম্বা মখৈ কেথরহনা হায়রকই :—

" নঙনবু য়াররবদি ঐস্নু য়াইয়ে। অদো মথং মপোক্তদি নঙ অমুক নুপী ওইবিয়ুদনা। "

———

১৭/২/৯১

## ৩৮ নোকপা, শাওবা অমস্থুং কপ্পা

কালেনগী মুংথিল পোকোপনি। মুমীৎমা মশাগী অভম্বা শক্তি উৎতুনা অচৎ-চৎত পূম্নমক্ তেমশিংনরি। এসেম্বলি হোল মমাংগী সরক কোইলাসতুদা অঙাওবা নূপা অমনা চোক মতেক অমা পায়রমতুনা অচৌবা হৌদোক্ত অমা য়েকই। মথাদা অচৌবা মরেক্লা ই— " তমথিবা কৈনি "। অতুগা মহাক নোক নোক্তুনা চৎখি। মখ্ৃত্তা পায়রম্বা চোক মতেক্কু মকমতুদা থাদরম্মী।

ঙাইহাক নৈরগা অঙাওবা অমমুক লাকই। অয়েকপা হৌদোক্তদা মুন্না য়েংই। মথাদা ইরিবা ৱাহৈহু হঞ্জিন-হঞ্জিন পাই। তারিবা চোক মতেক্কু খ্ৃনগংখি। হান্না ইরম্বা ৱাহৈহু মথোঙনা শু্-শু্ নোইতুনা মূৎথৎলগা মকমতুমক্তদা অমুক ই— " ডেমোক্রেসি "। অতুগা মহাক মুংশা মপী ক্ৃয়না হোল্লতুনা শাওনা চৎখি।

মথংদা অঙাওবা অমমুক লাকই। অয়েকপা লাই অমদি থাম্নিবা ৱাহৈহুদা মুন্না য়েংই। অতুগা মপা-মমা শিরবগুম মথবাক্তা মথ্ৃৎ অনীতুনা কম্না-কম্না য়েরগা থুরুথুদক্ কুপ্লতুনা কপ্লকই। মতমতুদা ময়াং কাক অমনা এসেম্বলি হোল মৎক্তা তোংলতুনা নোক্লিবগুম লাক্লা লাক্লা থোংই।

৩১/৫/৯১

---

## ৩৯ চৈরাক্

মীরমলেন্দা শাইওল্লুবা লাই খ্দিংমক কোথংলগা লাইগী নিংথৌনা হায়রকই :—

" নখোয়বু মীরমলেন্দা ঐগী অশেংবা পাউজেল শন্দোকল্লুনবা থারুবনি। অদুবু মতুগী মহুত্তা নখোয়না মীবমলেন্দা লাইনীং লীচংকী খেন্নবা রাখল পোকহন্দুনা অমগা অমগা ইমু নাইমু তানহল্লে। মান্নবা রাখল অমত্তম্ম পীবা ঙমল্লে। মতুগীদমক নখোয় লোয়না কৈশুমশঙ রোৌবা তারে। "

মখোযগী মরক্তগী অমনা নোল্লক্না হায়রকই :—

" হে লাই পূম্নমক্কী নীংথৌরেল, ঐখোয়না মালেমগী মীপুম খ্দিংমক্তা নহাক্কী পাউজেল মপূং ফানা পীজহুনা ইনীংথৌগী রাথং ইলহনবা ঙমজদ্রবস্থু মীওই কাঙল্প অমদদি মপূঙ ফানা পীজরম্মী। "

মাগী রাতু তাবদা লাইগী নিংথৌহুনা হংলকই :—

" করম্বা কাঙলপনো? "

শাইওল্লুবা লাইহুনা হাযবকই :—

" চাকনিবশিংদা। মরমদি মখোয়গী মফমদদি লাইনীং লীচংকী খেন্নবা রাখল লৈতে। হাঙলবা মবুক্কীদমক মখোযনা লেপল্লুবা থোঙজিন খ্দিংমক মখোয়দদি অমত্তনি। "

লাইগী নিংথৌহুনা ঙাইহাক্তং রাখল তৌরগা হায়রকই :—

" অদুদি নখোযগী মরক্তগী অমা মীবমলেন্দা চৎলগা নখোয়না অপাম্বা চাক্লিবা অমবু মীরমলেনগী নিংথৌ হাপলুরো। চৎখিবহুনা হল্লকত্রিফাওবা অতৈদি কৈশুমশঙদা অদুম লৈখিব তাই। "

৭২/৫/৯১

---

# ৪০ কোটা

ইণ্টরভিয়ু য়াওরুবা খ্ দিং খল্লকত্রবদা খোয়শাওনরবা মচানূপাহূনা পেম্বনা হায়রকই :—

" এমঃএলঃএঃ, মন্ত্রী ওফিসার অমদি রাজনীতি রালাশিংনা তৌরিবা শেঙ্গা-থুমজা অমদি মীচম প্রজাশিংবু ওৎলিবসি থরদি হেনমনগ্রবনি। ফত্রবা মখোয়শিংসিগী মথক্তা অস্নুক য়ামলবা মীয়ামশিংসিগী মরক্তগী অমত্তনস্নু করিগুম্বা অমত্তা তৌনদ্রিবসিবু করিগী নো খঙদেনে। ঐখোয়সে পঙমল্লবজাংনি। পঙদ্রগনা পাঙমল্লবা হায়বা তাই। "

কুঙ্গাদা মথ্যাঙ য়াইহূনা হীপম্রিবা মপা হন্নুবহূনা উইরুম-উইরুম হায়রকই :—

" মীয়াম অমত্তা পঙদেনে। পাঙদবস্নু নত্তে। পঙলিবা পাঙদ্রিবদি নথন্তনি। "

মচানূপাহূনা শাওরপ হায়রকই :—

" ঐদি করিগী ..?

মপাহূনা হান্নগুম উইরুম উইরুম মথা তারকই :—

" মীয়াম পুন্নমক্না মখোয়গুমবা অঙম অথৌ অচৌ অশাং খ্ দিংমক্তী অরানবা অমদি ফত্তবা তৌবা য়াবগী কোটা য়াম্না লৈ হায়বা মম্না খঙইনে। অহূনবু পৈশা খাওজাও খাওজাও তিংহূনা লৈনরিবনি। নরন্দি লৈতনা শঙ্গোম চানিংলিবা নঙসিবু অশিংবা, থৌনা লৈবনি হায়গদ্রা? "

২৫/৪/৯০

---

# ৪১ লিঙ্গ ওনবা

ছাত্রচুনা তোৌরক্লিবা হোমৱার্কতু চুমথোক চুমথোরৱা ওজাচুনা শাওনা হায়রকই :—

" হে বুত্নু, কনাগী সুন্দরনো নওনা ইরিবসিবো ? সুন্দরদি সুন্দরীগী পুলিঙ্গনিনে। সতীগীদি করি ওইনি হায়য়ু হায়বনি। "

ছাত্রচুনা ইপা পাথৎনা হায়রকই :—

" অধামোরা "

ওজাচুনা ছাত্রচুদা মৎমা য়েংই। অচুগা নোকফেৎ তৌরগা হায়রকই :—

" মচু হেক ইবা য়াদ্রা ? "

ছাত্রচুনা কিথি কিরুম তৌরচুনা তপ্পপ হায়রকই :—

" অচুবু ঐখোয় পাবুংগী মমিংদি সুন্দর কৌই ওজা। "

২২/৪/৯০

---

# ৪২ মীৎয়েং চিংশিনবা

“ য়া অমা হায়য়ুরা ? ”

মহাক্না তপ্পপ হায়রকপনি। ঐ পাক থুমদে। হংলুবসু কি। ময়মদি সউনগী সেন্দল মচা অমত্তং লৈবিয়ু য়াদে হায়দুনা ঙরাং মুমিদাং চাক চাদনা তুমখিবনি। থা লোইশিল্লকপা ওইবনে ক্রীংখাওসিন্নু মিরাং থুরে। করি হায়রক্কদগে খল্লুবদা ইশাসে ইপা পাখংলী। অদুবু তিন অমক্তুং য়োংথরগা তপ্পা হংলুই :— “ কৈনো, কৈদোরে ? ”

মানা নোকমি নোকমি হায়রকই :—

“ ঙরাংগী মঙ অমগে তৌবনিদা। ”

ঐনা পাখংলম্বদু নে হেক তাই। অশাংবা খর অমত্তং হোন্দোক্লগা হংলুই :—

“ করম্বা মঙদানোনে ? ”

মানা হান্নগুম নোকমি নোকমি তৌরদুনা মখা তারকই :—

“ অদুবুরো ঙরাংগী মঙদুদনে ঐ ইথম্বা কুংলবা কৈথেল মীরক্তুদা ফি অমত্তম্বু শেংতনা চংলমলিবা। ”

ঐনা ইথা থাজদনা হায়রুই :— “ হেরা, ওম্থোক ওম্থোকপা। ”

মানা নোক্তুনা মখা তাথরকই :—

“ ফাগী নত্তেয়ে সৈত্য। অদো অঙকপদিনে অদুক য়ামগ্রবা মীয়ামদুনা ঐঙোন্দা সুংয়েং হেক য়েংলকতেঙো। ”

ঐনা ঙক্কুনা হংলুই :— “ করিগী ? ”

মানা মখোল্ল থোক্লা নোক্লদুনা হায়রকই :—

“ বাইঙ্গিং তারানা মরী পানবা ঐগী অমনবা শউলগী শেন্দলদুদা য়েংলিবা। ”

২৭/২/৯১

---

## ৪৩ সেলেক্সন

এদেদ স্কুল ওইজরবস্তু মন্ত্রীগী ডিংওং লেটর যাওবর্ত্রবত্তুদদি তুংগী রেংহুনা কেণ্ডিডেটতু খন্দবা য়ারোইদৌবি অহুবু, ফনা য়ায়া লায়বা রাহং কযা হংলবদস্তু অচূম্বা পাউথুম অমত্তুস্ত ফংবা ঙম্‌দ্রে। অরোইবা ওইনা হেড মাষ্টরহুনা হংলকই :—

" হ্বাট ইজ দ নেম ওফ ইযোর ফাদর ? "

হুমাংনামশা পুম্বা ল্প্রবা কেণ্ডিডেটতুনা মনায ভাংলপ তৌরগা শোম্ভাংননা খুমলকই :—

" শামু "

প্রিন্সিপালহু তাহৌত্রমাল্লে। থরদং, কল্লপ অমুক হংলকই :—

" হ্বাট্ ? "

কেণ্ডিডেট্‌তুনা ইপা পাখংনা থুনমক হায়রকই :—

" নো সার ! ইলিফেন।"

১৯/৫/৯১

---

## ৪৪ য়ারেক্‌পা

ফনা য়াওনা চংলবসু ইবানি চীংনুংসিদগী লান্থোকপদতি মতমদ্রে। শুক্রবা চীংনুংসিদা ইবানিদা অহিংসিদা করম্না লেম্লুগদগে খনবদা পাখংনা হায়রুই :—

" মফমসিদবু অহিংসিমা ইবানিদ করম্না লেম্নি। "

ইথৌ থৌশাদনা ঐগী মরূপতুনা হায়রকই :—

" কমদৌনি ভায়, উপায় লৈত্রবনিদা লৈনবা তারেদনা। "

ঐনা পাখংনা হায়রুই :—

" নত্রে অহাং ভূম্মিডৈদা শা-কৈ থোক্লদি .... ? "

মানা নোক্না নোক্না খুমলকই :—

" থোক্লীংলগা থোরকসনু কৈদৌরগে। য়ুমগী নূপীগুমনাদি শাথিরম্মোইদনা। "

৪/৯/৯০

## ৪৫ অথোবশিংগী নীংশং য়ূম্বী

অঙম অথো অমদি তিল্লিবা মীয়াম পূম্নমক্ নীংশিং য়ূম্বীহুদা লৈ খূজোক-খূজোক কৎনখ্রে। ইরোই লোইবা ওইনা ঐন্দ্র লৈ খূজোক অমা কৎতুনা হায়রুই :—

" হে অথোবশিং কৎচরিবা লৈসি লোবিয়ু। "

ইথা থাজদনা নীংশিং য়ুম্বী মন্নুংদগী খোঞ্জেল অমা থোরকই অহুগা হায়রকই :—

" নখোয়না লৈনি হায়দুনা পীরিবশিংসিদা লৈবু অমত্তা য়াওদেনে। "

১৩/৮/৯১

---

## ৪৬ হকচাং তংখায়

হায়রুবা পাখোন অমত্ত থবক ওইনা ইপাও পাওথোক্লকত্রবদা ঐনা মঙোন্দা শাওনা হায়রুই :—

" নঙবু ঐনা হায়বগসি কৈদৌঙৈ য়ারক্নি ? "

মানা নোকুনা হায়রকই :—

" নঙনা হায়বা ঐনা য়াহৌদ্রবস্থু ঐনা হায়বা নঙনবু য়াবিরবদি কৈস্থু কায়দেদা। "

ঐনা শাওনা হংলুই :—

" করিগী কায়দ্রিবা ? "

মানা হান্নগুম নোকুনা মথা তাথরকই :—

" নুপা-নুপী হায়বসিদি হকচাং তংখায় তংখায়নি হায়বদাইনে। "

১/৯/৯১

---

# ৪৭ মীনোক্লক্তা

" কমদৌবি মতমসিবো ? "

অখঙবা খোঞ্জেলনি খন্না মায খংলৈ লৈথোকলুবদা মতম কুইনা উনকুদ্রবা মানা ইনাক্তা লেপ্লম্মী। ইখন থম্বকুদনা ঐনা তপ্লপ খুমখি :— " হিংদি হিংলি। "

মানা ইনঙ্গন্দা তপ্লপ্পা পোপ্‌-পোপ্‌ ফ্‌রহুনা হাযরম্মী :—

" ফমল্লবনি ফমল্লবনি। "

মতম খরগী মতুংদা অমুক ইথা থাজদনা কৈথেলগী কুংলবা মীরকুদা ভুংলোমদগী নাকোঙ মযাদা নল্লা হাযরকখি :— "কমদৌরিগে মতমসিবো ?"

ঐহাক ঙাইহাক খল্লগা নোকফেৎ তৌনা খুমখি :—

" উচিন নাচিন্না শিবা ফাঙবদি শিদ্রি হাযবা তাই। "

মানা হাল্লগুম ইনঙ্গন্দা পোপ-পোপ ফ্‌রহুনা হাযবকখি : –

" ফমল্লবনি ফমল্লবনি। "

চহী কয়াগী ভুংদা ঙসিদি অমুক চীক্লবা লমহাঙসিদা থেংনবে শ্রকফম যাম্না শোকচিল্লম্মে মকোই-মবাংও হান্নদি মশকপু খঙনুদ্রে অহুবু মাদি মহৌশাগী মহৌশাগুম হংলকই : " কমদৌরি মতমসিবো ." "

ঐ পাক খুমদে। মঙোম্দা হাইফেং মন্না যেংলুই। মানা নমহং হ ডিল্লকই :— " নত্তে, নঙবু কমদৌরিবগে ? "

এনা নোকনিংদনা নোল্লহুন খুমংলুই : - " পুমশি শিংবেবু। "

ঐগী পাউখুমহু তাবদা মহাকসু মোল্লকই অদুগা হান্নগুম ইনঙ্গন্দা মখংনা পোপ পোপ ফ্‌রহুনা হায়রকই :—

" ফমল্লবনি ফমল্লবনি। "

১৭/২/৯১

———

## ৪৮ ব্লাহৌদোক্

মানা ইখঙ খঙহৌদনা লাক্লবা মতমদতা খঙলকই ঐনা মঙোন্দা ঙসি অয়ুক লাক্লবা হায়খি হায়বা। তশেংবদি মাবু অমদি মাগী লাইরিক্কুবু থৌওইরুদবা নত্তে। থবক চিনমনবদগী নীংশিংখিদবনি। লাইরিক্কু থা অনীমুক্কী মমাঙদা পীরম্বনিন। ঙসিদি করম্না অমুক মাঙোন্দা মতম য়ৈথোকলুনি। শিন্দোক্কদবা পেরেগ্রাফ অমথক্তা ঙায়রে হায়জিন্দুনা মহাকপু মপান্দা মিনিট মঙারোমদং ঙাইহল্লমলগা ঐ ইমুংদা চঙলকই। লুরিবদি, লাইরিক্কু মানা হেক পীরকপগা ঐনা কদায়দা থম্জিনগ্রবনো হায়বা কুইমনখিবনা কাউব্রে: লাইরিক ময়াম মরকসিদা মথু অমুক থিরুবদস্থু পূং অনী অঙুমলোমদি মচঙলগনি। উপাই লৈতবনা লাইরিক্কুগী মমিংদুদা চাউরাকপা অমা ব্লাখলনা ল্যাকশিল্লগা চে কলম পায়খৎলদুনা ইরুই: —

"লাইবক্কী নোংদম হায়রিবা লাইরিকসি কয়ারক হন্না পারে। লাইরিকসি চৎথরক্লিবা মণিপুরী সাহিত্যগী খোঙচৎসিদা অনৌবা থৎইনি। লাইরিকসিনা সাহিত্যগী অনৌবা মহাও অমা পীবতা নংতনা লাইবক অমম্মুং মীওইবগী পুন্সগা ৎেংনরিবা লানথেংদা ঈরোয়নরিবা থম্মোয়গী ইথিল কয়া ময়েক শেংনা ফোঙদোকই। মসিমক অইবসিগী তোপ-তোপ্পা গুন অমনি ... (অসিনচিংবা)।"

তেনতক্লা অনীংবা থরা ইরুগ মঙোন্দা হেক শিন্নখিবা মীৎকুপ্তদা ইশাসে খংয়াং য়াংলবোই নাংই. মহাকপু কোন্থোংফাও থিন্দোকলুরগা ইমুংদা চঙতুনা ফমুংদা শাংদ্রোং শাংনা মায় উপ শিন্দুনা হীপখে।

অশাংবা শ্বর অমা হোন্দোক হোন্দোরা মোন মযাদা যেংথংবা থ্ংসি হাইফেং থিংজিল্লুই। কন-কন লাওবা অমা থেংনৈ। অস্সুম মাহুনা য়েংলুবদা লাইবিরি থগুলকই। শংতোক্কুনা যেংলুবদা হৌজিক্কা ব্রাহৌদোক ইথিবা মথুম পাংদ্রবা লাইরিক্ক ওইরম্মী। হাইফেংতং ফাকতুনা যেংলুই। থংপ্রেক থংই। উরকই, লাইবিক্ক হিন্দীদগী মণিপুরীদা হন্দোকপ থ্বাক ময়ি য়েংবগী লাইরিক্কি হাযবা।

৮/৯/৯১

---

## ৪৯ অহোবা মেনবা

" মীৎকুপ খ্ দিংগী তাথোক তাশিন তৌনবতা নৎতনা থরায় হকচাং অমত্তনি হায়নফাও মুৎশিননা লৈমিন্নরিবা মতৈ-মনাওসিনা করি করিগুম্বদা খৎনরিবা অমদি শাগুগৎনরিবসিবু করিগীনো ? "

মচা অমা অনী লৈরবা এগী মরূপ্তুদা এনা হংলুবনি। করিগু ইখন খন্থদবগুম মামা থুনমক পাউথুম পীরকই :—

" মখোয় অনীগী মরক্তা লৈনরিবা মতৈ-মনাও ওইবগী মরীদু মরক্তা অহোবা অমা লৈহনা তৌরিনি। "

মাগী পাউথুনদুনা এবু ওকেহল্লম্মী। হংলুই :—

" অদুদি কমদৌনি ? "

মামা নোকথি-নোকথি তৌরদুনা হায়রকই :—

" মতমদুদদি, মারক-নারক য়েংলগা থুনমক হোরিবা মফমদু মেনশিনবা নত্রগা মেনশিনহনবা তারেদনা। "

২/৯/৯১

---

## ৫০ অৱাবা অমা

নোং ফুং হেক ঙানবদগী খুঙ্গং-খুঙ্গংগী কোম্থোঙ খূদিংদা চঙঠুনা শঙ্গোম অফম্বা পোৎপা অমত্তংদসু লৈননবা থিরুবনি। অদুবু ছুমীৎ তারক্লবফাও ফংবা কোবদি মরৈত্রে। লুৱিবদি, ঙারাংতা থুংলবা মরুপুগীদমক্ শঙ্গোম অফম্বা খরদংতা ওইরবসু য়াম্নমক তঙাইফদবনি। খজিক্কুংদসু পুশিন্দনা ইমুংদা খোঙ হেক থাংজিল্লুবদা করম্নো মঙোন্দা ইমায়সি উৎলুগদবা? মরমদি, মহাক্কী শা-ঙা চাদবা ইমুংগী মীওইনা। অমুক চাউরবা লমদমসিদা শঙ্গোম্ অফম্বা খজিক্কুংদফাও ফংদে হায়বসি হায়ননবা করম্নো ঈরৈসি খৎকদবা?

উচিন নাচিন্না শঙ্গোন লৈবা কোম্থোঙ অমা থেংনৈ। অরোয়বা পাম্বৈ ওইনা ঐহাক কোম্থোঙথুদা ইখোঙ থাংজিল্লে। মোৎতাই সুদাইনরবা নূপা অমা পৈয়া শিথুনা লৈরম্মী। চঙশিন্দুনা হংলুই :—

"শঙ্গোম অফম্বগকা লৈবিগদ্রা?"

নূপাথুনা ঐঙোন্দা মূন্না য়েংলকই। ঙাইহাক্ লৈরগা তপা হায়রক্‌ই :—

"শঙ্গোম অফম্বদি লায়রদনা অশেংবা শঙ্গোম পোৎপা মথায় ফাদনা থোকই। মথুসু হেক্তমক লাক্লখবনি। অথুনা ফমহন্নবা শঙ্গোম মরীক অমফাওবা লৈহৌদে।

মহাক্কী পাউখুমথু তাবদা ঐবু হেন্না ঙকহল্লম্মী। হংলুই :—

"শঙ্গোম অথুখক্ত খোল্লিবথু কৱিগীনো?"

ঐগী ৱাহংথু তাবদা মহাক নোকফেৎ তৌথি অথুগা হায়রকই :-

"বাবু, অফ অফবা শক্তিক মথৈদি এম: এল: এ: মন্ত্রীশিংনা লোয়না চাথোকখ্রে। খরদং হৌরিবশিংসিসু মখোয়গীদমক্ রিজার্বনি হায়থুনা থমজিনখ্রে। সহরগী যনশিংদি লায়রথুনা খুঙ্গংগী যন ফাওবা চেথী-চেগুম চাথুনা হিংলিবনি। অথুদবু করম্না শঙ্গোম থোক্কদৌরিবনো?"

১২/৭/৮৯

---

মান্নদবা মীৎয়েং/৬২

## ৫১ শান্নপোৎ

পোকপা থা মঙামুক্তা ঙায়ন্নিবা মচাত্তুগী শান্নপোৎ অমক্তং লৈরুশি হায়ত্তুনা মানা ঐবু হোৱা লাকপদা ঐনা মঙোন্দা হায়রুই :—

" কান্নদেদা ভায়, অত্তুক পীক্লিবা অঙাংগীবু শান্নপোৎ লৈবা হৌনদে।"

মহাক্না ইয়া য়ানীংদনা হংলকই : – " করিগী ? "

মাগী মতৌত্তুদা ঐনা নোক্তুনা খুম্মী :—

" মরম হায়ববু অপীকপা অঙাংদি শান্নবা হৈতে। অত্তুনদি অঙাংত্তুবু য়েংহল্লগা নঙনা শান্নগদৌ ওইরিনিনে ? অত্তুদি শান্নপোৎত্তুবু নঙগীরা নত্রগা অঙাংগীরা হায়বনি। "

মাম্তু নোক্লত্তুনা পাউখুম পীরকই :—

" হোয়দা অত্তুবুদি। অত্তুদনে অমদি লৈ। "

ঐনা ঙক্না হংলুই :— " করি ? "

মানা অত্তুম্মক নোক্তুনা মখা তাথরকই :—

" হায়বদি অঙাংনা পীক্লিবা মখৈদি মপাগা শান্নপোৎ পূনবস্তু য়াওইদনা। সে শম্না হায়রবদা আ... পোৎশক্তী অমথক্তা অত্তুগা মত্তুদগী ফংলকপা হুংঙাইবত্তুদি মপাস্তু মচাস্তু...। হা ? লানব্রনে ? "

৯/৯/৯১

---

# ৫২ কাতি থাবা

" শাম্ হঞ্জবা "

" ইনিংথৌ "

" নিংথৌ অমা ওইনা ঐহাক কনাগীসু মথা পোল্লবা নত্রা ? "

" অহোয়, ইনিংথৌ । "

" অদুদি ঐনা চৎনীংবা চৎপদা নহাক্না কাতি থাবা ঙাইনরিবসি চুম্লা ? "

" ননাইনা কাতি থাজদ্রবদি ইনিংথৌগী অপাম্বা মায়কৈদা শাম্ সিনা করম্না চংকনি ? "

" অদুদি ঐহাক নহাক্কী কাতিগী মথা পোল্লব্রা ?

" ... .... .... "

" কাতিদু পীরকউ ঐ থাগে । "

" কাতিসিদি ঐনা সুম থাজবনা ইনিংথৌনা লেঙবা ঙুংঙাইগদ্রা নীংজে । "

" শাম্ হঞ্জবা "

" ইনিংথৌ "

" নহাক্না হায়বা ঐনা ইনগদ্রা নত্রগা ঐনা হায়বা নহাক্না ইনফম থোকপ্রা ? "

" অদুবু ইনিংথৌ, শাগী শারম খঙজবা ননাইনা কাতিসি থাবনা ফগদ্রা নীংশিংজবনি । "

" ঐবু করিসু খঙদনা উব্রা ? ঐনা চৎপদা নঙগী নথা পোনখিদরা ? অঙাং ওন্নীংব্রা ?

পাখৈ লৈত্রবা শামুহঞ্জবনা কাতিহু নিংথৌদা পীখি। মমাঙ থানা ফমলিবা শামু হঞ্জবগী ফমফমদা নৌনা ওইবা নিংথৌহুনা ফমখি। শামু হঞ্জবনা নিংথৌগী মতুংদা হায়খদি নিংথৌন, হান্না ফমলম্বা মফমতুমজনা ফমখি। শামুহঞ্জবগী মশাহু পাখৎপ। কিবা অমদি তৌফম খঙদবতনা লাকহৎখিবনা চেঙ থৈবগুম নঁ কই। হুমাংনা মশা পুম্বা পুল্লুপ, লপ্পী। লম্বীদা চৎলিবা মীচম প্রজানা নিংথৌদা হাইফেৎ য়েংই অতুগা ঙক্না শামু হঞ্জবদা খুরুম্মী। অতুবু অনৌবা নিংথৌহুনদি মোমোন মোমোন নোক্না মীচম প্রজাদা য়েংই।

৮/১০/৯১

---

## ৫৩ অনৌবা মশক

মীরমগী মকপ্ অমা লম কোযবা লাকই য়েংবা যাবা মফম কয়া যেংলুবব মতুংদা ইবোইশেম্বদা লৈবা শাযোকশঙচ্ছ য়েংমিল্লকই। থোরকপদা হাযরকই :—

" নখোয়গী লমসিদি ওস্তোল্লা ফজগ্রেবু অদো, অল্লাৎপা অমদি লৈরে। "

ঐনা ঙক্লা হংলুই :— " কবিনো ? "

মানা মঙক নোমল-নোমলতুনা হাযরকই : -

" পৃথিবীগী মফম খুদিংমক্তা ফংবা গধাদি মযম অমত্তুদস্মু উবা ফংদেনে। "

ইরমদমসিগী অল্লাৎপা অমা হায়রকপত্তুদা ঐ তশেংনা মুংঙাইরমদে। ঙাইহাক থল্লুই। অদুগা নাপল তৌনা থুমলুই :—

" লৈনা। মফমসিদস্মু গধা মরাং কায়না লে। অদুবু মফমসিগী গধাদি মখোঙ মরীগী মহঙা শুপ্পগী মখোঙ অনীতমক পাল্লী। "

১৪/৫/৮৯

---

# ৫৪ পুন্সিরোল

নাইট ডিয়ুটি তাবা পেট্রোলিং পার্টি অমনা চহী তরেৎতমক ঙায়রিবা নূপামচা অমবু নোংমৈনা কাপ্পুনা হাৎখ্রে তাবদা ঐ তশেংনা ঙকই অতুপ্পা হায়নীংঙাই লৈত্তনস্থু নুংঙাইরমদে। পাউ তমলক্লিবা মক্কাপ্পুদা ঐনা হংলুই :—

" অঙাংচুনা মখোয়দা কৈদৌরুরে হায়বগেনে ? "

মানা ইথৌ থৌশাদনা করিস্থু ইথন খন্দবগুম হায়রকই :—

" হেরা, অথ্‌বা কপ্পীচুদা মথক্তা চেল্লকপা ওইরমাল্লে। মুমীদাং পুং অনীমুক তাবগী অতুব্রাইদা অঙাংচু থোংনবতুদদি পেট্রোলিং পার্টিচুনা খামলগা চেক তৌগে তৌরুই হায়নে। মতুদা ইথা থাজদনা অঙাংচুনা পেট্রোলিং পার্টিচুদা নোংমৈনা হেক্তা কাপশিল্লকপা ওইরমাল্লে। শিরবা মতুংদা অঙাংচুদা চেক তৌরুবদদি হেণ্ডগ্রেনেট্‌ অমস্থু য়াওরম্মী হায়। "

ঐনা ঙক্না হংলুই :—

" হেরা কনানা হায়রিনোনে অতুবো অঙাংচু য়ুমলোন্নবদগকা মুমিদাং ভিডিও ফিলম য়েংলুবগা হল্লকপা ওইরমনিদা। চহী তরেৎলোমগী অঙাংচুনবু নহারোলগী ইরাংচুগা মরী লৈনরমগদ্রনে ?

ঐগী ব্লাফমতু মানা ইয়া য়ানীংদবগুম হায়রকই :—

" অঙাং য়াওবা য়াদে হায়বদি লৈরম্মোইদনা। "

ঐনা শাগনা হায়রুই :—

" নঙনা অঙাংচুবু নমচুনা য়াওহল্লিংলিবচুবু করিগীনে ? "

মানা ইত্তপ হেক তপথরদুনা নোঙ্গুমা খুমককই :—

" নুংশিররা মরূপ ঐগী রা নত্তেনে। মতমসিগী অচুম্বা মশাক মুমা খঙলবা মীয়ামগীদমক্তা লৈরিবা সরকারসিনা পীবা অচুম্বা পাউমিনে। চুমলমগনি। পেত্রবম্ব পেল্লু। য়ানীংত্রবম্ব য়াও নত্রগা নচীন থোকন্নু। মরমদি, মীচম প্রজা ঙাক্লনবা অহৌং মীশেন থাজবা মথৌ লৈরিবা পেট্রোলিং পার্টিদুনা কৈদ্দোগুংদা মীচম্বু হাংপা হৌনদে। কক্লিগুম্বা শিঙ্খবম্ব কন্ট্রোল তৌননবা হোৎনবদা শোয়খিবা ওইরমগনি। মসি থক কাউগনু।"

৪/৫/৯০

---

মায়নবা মীচয়েং/৬৮

## ৫৫ অমৃত্ত

মখাদা মনাও অমা তাখিবা থা অহুম্মুক গুরমলনি। ওসিদি মহাক মাঙ্গোন্দা ফক অমা থাহ্নুনা লাইরিক পারী। মতাংহু হিন্দু পুরান্দা য়াওবা সমুদ্র নৈবগী মতাংহুনি। পীক্লিবী মনাওহু খোম পীথক পীথক্লা য়েঙ্গাং মল্লিবী মমাদা মানা হংই:—

" ইমা নৈর-নৈরগা অমৃত্ত থোকপা হায়রিসিবু কমাইনা তৌম্নিজাবনো ? "

মমাহু মমায় শং লৈথোরকই। মঙোন্দা মমীৎ খানা য়েংলকই, অহুপা শাওনা চৈরকই:—

" মহুদি নপাদা হেক হংগু চো। করি অঙাংনো থওমেনে। লাইরিক পাগেদি লৈত্রদনা অম্বুক পীক্লিঙৈদগী ফৈরেং তুরেং হেক ঙাওবা হোরে। "

১০/৯/৯১

---

# ৫৬ মমা-মপা অমদি মচা

মচানূপাহ্নুনা ওফিসকী ফাইল শুরিবা মপাগী মনাক্তা চঙলক্লুনা শাওনা হায়রকই :—

" ঐ ওসি অয়ুক পরীক্ষা লৈ খঙলমক্কদা পাবুংনা করিমহ্না শেম শাবিদ্রিহ্নবু করিগীনো ? পরীক্ষাগকা অমত্তা থাদনা তোকচনিকো। "

মচাগী ৱাফমহ্নু চাকশঙদা চাক থোংলিবী মমাহ্নুনা তারমাল্লে। পাখংনা লাওরকই :—

" হয়েং ওফিসতা শুরস্নু য়াবা ফাইলহ্নবু হৌজিক কন্না শুগংলক্লিবহ্নবু অঙাংসি মাঙহল্লসি হায়বিরিব্রো ?

শাফহ্নুনা মপাহ্নুগী ফাইলহ্নু খংথুপ থ পচিনহনখি। মকোক্তু মখুৎ অনী চঙহ্নুনা খ্রো-খ্রো খোৎলহ্নুনা মচানুপাগী কারোমদা তপ্না-তপ্না মখোঙ থাংখি।

৫/৪/৯১

---

## ৫৭ ইম্ফাল মচা

প্রেসতা ফমলিঙৈদা খওহৌদনা অহোবা মখোল অমা তাখি। ঐনা কম্মিস্নরিবচুদা পাখৎনা হংলুই :—

" হৌজিক্কীচুবু করিনো ? "

ঐগী ইপা পাখংপা মতৌচুদা মহাক্না নোকথি-নোকথি হায়রকই :—

" হেরা ...। ওইগে হায়দনা ওইরমলবদা বোম নত্ত্রগা হেণ্ড গ্রেনেট পোবখায়বা ওইরমনি মচুসু ঐখোয়দা লংশিল্লকপা। "

মাগী মাচু তাবদা ঐনা হংলুই : —

" নওনদি ইথি খিগংলিবা। করিগুম্বা অতুম্নগক্কা পোকথায়বা ওইরমলদি কমদৌনি ? লম্বী মতাসিগা ইলেকত্রিক্কা লাক্লে। চেক তৌবা গ্রুপ্-গ্রুপ্। অশ ..! "

মানা শাওরংনা হায়রকই : —

" হেরা, ইম্ফাল মচা মানখিত্রেদা সৈত্য। শিহৌত্রিবসে ইরাইবক ফরবনি। ঐখোয়দা লংশিল্লকপচুম ওইরমসু কনানা খঙনি। "

৩/৬/৯১

---

মায়দক্কা মৈৎয়োং/৭১

## ৫৮ মঙাল

ঙুমিৎ চপ্‌ য়ুংবদনি। কালেনগী য়াক্লবা ঙুংশাগী মৈশানা মীৎ পাঙবা ঙম্লদ্রি। কৈথেল ময়ায়ত্থমক্তদা অঙাওবী হন্নুবীত্থনা মশামকপু ঈথেং তাবা মথৈ খোংতংচরম্বদগী মমৈদদি মফি মরোলশিংত্থ মচেৎ মচেৎ শেগায়ত্থনা খোংতংচবা হৌরকই। মশা পূম্বা ঈহিং নাইহিং শারক্লবদা য়েংঙমত্থনা ঐনা হায়রুই :—

"ইমা! নফি নরোন পূম্নমক মচেৎ-মচেৎ শেগায়ত্থনা ঈহিং নাইহিং তাবা মথৈ খোংতংচরিবত্থবু করিগীনো? তৌমু ফক্তে।"

অঙাওবী নূপীত্থনা ঐঙোন্দা মুন্না য়েংলকই অত্থগা মথ্বায় রানা হায়রকই :—

"ইচা মানবা, য়াক্লবা ঙুংশাগী মঙালসিদগী সুপ্পনী মচেৎ অমত্তং ওইরবস্থ মোংলবা ঐগী হকচাং মন্নুংদা চঙননবা লম্বী ফাংলিবনিনহে। নত্রবদিনে, ঐগী ঙুংগী অমম্বসি থজিক্তংদস্থ কোকহনবা ঙমলোইদোরি।"

৪/১২/৯০

---

# ৫৯ লাইওং

খ্বাইদগী তাঙনা ফংবা অমদি অয়েংবা খ্ দিংগী মীৎয়েং চিংশিন্নফম ওইবা লিলহুনা হন্দক মরকসি ইতূক ভূকথরহুনা অশিবগুম লৈরকপসিদা লিলপুবহু তশেংনা মুংঙাইরমদে। মাগা চহী কয়া শাগোন্নরক্লবা লিলহু কয়ারক হোৎনহুনস্মু হান্নগুম মশা খীংহনবা অমদি লৈনা জগোয় শাহনবতদি ময়াদ্রে। মসিন মাগী শিনফমহুদা অকায়বা পীবতা নৎতনা মাগী নূপী অঙাংশিংগী হাঙলবা চাকখাউশিংহুদস্মু হায়নীংঙাই লৈতনা শোকহল্লবনি। খনবা য়াবা মথৈ খল্লবা মতুংদা ঙসিদি মহাক ভেটিরিনরী ডাক্টর অমা তান্নবা লাক্লে। লিলহুগী মরমদা তাবা য়াবা মথৈ তারবা মতুংদা ডাক্টরহুনা হায়রকই :—

" লিলসি মশা খরা তেকখৎহনবদি য়াগনি অহুবু হান্নগুম হেক পূমফ ফহনবদি খরা কুইনা চঙগনি। "

ডাক্টরগী ৱাহু তারবা মতুংদা মথ্বায় ৱারবা লিল পুবহুনা পাখৎনা হায়রকই :—

" ডাক্টর লিলসিগী লাইওংসিবু ...? "

ডাক্টরহুনা নোকমি-নোকমি তোরহুনা খ্ মলকূই :—

" লিলসি মীনা চীকখ্রে। "

৭/১১/৯০

## ৬০. চানিংবা

গঙ্গাগী নীশা পাল্লবা মতুংদা শান্নবা রাবীগী মনুংঙাইদি করিগবু চাংদম্নগনি? চাকচামাঙদগী ফমথরকপতুনা ইবানি পুরি ৪/৫ রোমদি লোইশিল্লমলগনি। অরোয়বগী খুংহাপ্ ওইনা পুরি অমত্তং হাপ্লকপতুনদি মালেমসি মখোঙ পান্দুনা চংলক্রবনি। লোইশিল্লকপগী অকনবা খুৎচিং অমত্তং চিংলমলগা মানা ঐঙোন্দা কংকরতু লানশিল্লকই। মতমতুদা ঐনা কংকরতু লোনা-লোনা হংলুই :—

" মরূপ, কালেনসিবু করি য়েঙ্গাংনা খরদা হাউরিবগে?

মহাক ঙাইহাক খনবগুম তৌখি। অদুগা নোকফেং তৌরতুনা খুমলকই : —

" মযামগীদি খঙদে। অদুবু ঐনা খ্বাইদগী চানীংবা য়েঙ্গাংদি তীনখাক্লা মকিরে।"

১৪/৫/৮৯

## ৬১ নৈখাইবা

নিংথমথানি। ঈশিং কংশিল্লক্রবা পুখ্রি মচা অমদা হঙোই নহ অমা লৈরম্মী। মহাক্না হুমীং খুদিংগী চোং ফন্দুনা শান্নবদা পুখ্রিমচাহুগী ঈশিংহু পূমনৈ নৈরকল্লম্মী। মতুনা পুখ্রিমচাহুদা লৈবা থল্লায় পানবা অমত্তা মপুং ফানা নিংশা শ্নর হোনবা ঙম্নরমদে। মহাক্কী মতৌহুদা অহল ওইরবা ঙা অমনা পুখ্রিহুদা লৈরিবা থল্লায় পানবা খুদিংমক্কী মহুংশিন্দুনা মঙোন্দা থেমলম্মী অমস্তুং পুখিমচাহুদা লৈরিবা থল্লায় পানবশিংহুগীদমক্ত। থন্দুনা ঈশিং নৈখায়বদু লেপ্পনবা হায়রম্মী। অহল ওইরবা ঙাদুগী রাদু তাবদা হঙোই নহাদু হায়নীংঙাই লৈতনা শাওরদুনা হায়রকই :—

" করিগীনো ময়াম্না ঐঙোন্দতা অততাই ওইনা হায়বিরিসিবো? ঐদি পীকখ্রবা পুখ্রিমচাসিদা থরদং চেন চোংদুনা শান্নজবনি। চাউরবা লৈবাকসিদা পূমনৈ নৈখাইদুনা শান্নরিবা মখোয়দদি কনাস্থু করিস্থু হায়দেনে। তৌবিন্নু-তৌবিন্নু। অদুক য়ান্না থম্মোয় পীকপা থল্লায় মচাগী লীচংত্তো ঐখোয় হৈনদে। "

১/৪/৯০

## ৬২ মায়থীবা

মখ্ৎ ইহাও হাওনা হল্লকলবদা অশিবগী নিংথৌনা মাগী লাঞ্জিং পুরেলদ্দা শাওনা হংলকই :—

“ চহী অমমুক্কী মমাওদা শিখিবা অমগী মথ্বায় পুরকপা ওমদ্রিবসিন্দু করিগীনো ? করিস্নু লৈতবা থরায় অমগী মফমদা চাউথ্রবা অশি লৈবাক্সিমা চঙজবা তারিব্রা ?

মমায় মমাং মুশুক মুশিল্লবা লাঞ্জিং পুরেলদ্না মকোক মোন্থরদ্না খুমলকই :—

“ ইনিংথৌ, মাগী মথ্বায়না হকচাংদ্ হেক থাদোয়রকপগা ঐথোয়না ফাহৌবা নংদ্রিবৈদা লমদমদ্গী মীশিংনা ফাজিন্দুনা থমখিবনি। হোৎনবা য়াবা নথৈ হোৎনজরবনি। অদুবু, মথোয়গী য়াংলবা থম্মোয়গী পল্লোনাশিংদ্ থুগাইদনা লানশিনবদি ঐথোয়গী পাঙ্গলগী য়াংমদা লৈথ্রে। ”

১২/৭/৯০

# ৬৩ কুরাংবান

নূপানা মতীক চাদবদগী য়ুমগী নূপীনা মপান থোরকপা অমদি লমচৎ মাঙথরকপগী চাউরবা মরম অমনি হায়না চেফোঙ অমদা হাপ্পনবা আর্টিকল অমা ঐ কন্না ইরি। ইখঙ খঙহৌদে, ঐগী নূপীনা ইফিং ফিংনা ইনাক্তা চঙলক্কুনা হায়রে :—

" তাইঙোসে অমুক লাকলে। ঙরাংস্থু কুইনা ঙাইরম্বনি। করিনো ঙাংনেগদবা ঙাঙনবিরু লাকও। "

ঐনা কোক খোংলদুনা মঙোন্দা হায়রুই :—

ঐনা ঙাংনদোইসিনু করিনো ? শিকি অমফাওবা পায়দে। নঙনা থোকপা করি করিনো ঙাঙনরুবে। ঐগা অমুক মায়োক্নহল্লনু। "

মা শাওনা চবেং চবেং ঙাঙমলগা থোকখি। পায়রিবা কলমতুনা অঙোবা চেবাংতুদা মথা তানা খুৎ হেক থাবা ঙমলমদে। মানা মখোন নোংরকুনা তাইঙোদুদা করি করিনো হায়খিবা ময়েক শেংফাংতনা তাখি। মাগা তাইঙোগা করি মতাংদনো খঙদে থরায় তানা নোকখিবগী খোঙ্জেলদি মিনিট অমরোম নাকোঙসিদা নিনখি। ঙাইহাক লৈরগা মা ঐগী কা ফাওতুনা চাকশঙলোমদা চঙলকই। হংলুই :—

" চৎত্রব্রা ? করি হায়রম্মে ? "

হাইফেৎতমক য়েংলম্মী অতুগা ইকং-কংনা থুমলকই :—

" চৎখ্রে। অঙম্বা নতমদা শিংলকউ হায়রম্মী। ঙাঙনবদি হৈস্নু হৈত্তনা ...। "

৩/৫/৯০

মাল্লদবা মীৎয়েং/৭৭

## ৬৪ অশিংবা ওইবা

লাইখুরুম্বা হল্লকলিবী ঐগী নুপীদা ঐনা ফাগী ওইনা হায়রুই :—

" ব্লারক্লবা মতমদতা লাই নীংদো শরুকপুদি ন্নুংঙাইরিঙৈদস্থ খরা নীংঙ্দনা। নশাগী ফান্নবতা য়েংলগা নীংলবদি করম্বা লাইনবু নঙোন্দা থোজানবিরক্কদগে ? লাই নীংবস্ত হৈতে। খৎনবনা কল্লিবা, পঙনা পঙলিবা। "

ঐগী ব্রাহ্ তারগা মানা নোক্লহুনা খুমলকই :—

" অহিংগী অমম্বদা থাউমৈ থানবদি থানবনি তান্নগা অয়ুক ন্নুংহিলদা থাউমৈ থানবা অশিংবহুদি ঐদি ওইনিংদদনা তোবনিদা। মথোয় পাবুং অহুম ওইবিযু কৈদোগে ? "

৪৪/২/৯১

# ৬৫ টেম্পোরেরী

" নতু নচাকাও অতোপ্পনি খল্লগসু নশাদং চনবা নয়ম অমত্তংদি শাউদনা। "

ক্বাক মখোঙ পুখল্লবা ময়ূমদু উরুবদা শাওনীংনা মঙোন্দা হায়রুবনি। অহুবু করিসু ইথন খন্দবগুম মানা নোকমি-নোকমি তৌরদুনা হায়রকই :-

" নহাক খরা শাবিয়ুদনা ....। "

মাগী রাতাত্তুদা ঐনা হান্নদগী হেন্না শাওগৎলদুনা হায়রুই :—

ঐনদি করিগী শাদোইবা ? শাবা তারসু ইশাগী অশেংবা ইয়ম শাজনিনা। "

তংখায় হেন্না চাকশিল্লবা বিড়ীদু অমুক্তং কন্না খংচিং চিংলগা মৈথুদু শাংনা কামথোক্লদুনা হায়রকই :—

" তাইবঙসিদা কনানবু মশাগী অশেংবা ময়ুম মশানা শাজবা ঙমগ্রবগে ? ঙম্নমক মীনা শাবিবা ঙাক্তনিনে। হৌজিক লৈনরিবসিদি টেম্পোরেরীনি। মসিদা পৈশা অমদি লেভর থাদবা ঐদি পাম্মুই। মতম চুপ্পা লৈবসু ফংলোইদোবদা। ঐগীদি উবাক খরগা য়োৎপী মঙা তন্নাদংগা লৈরগা লোইরে। মদুদি হেন্দোক্লদুম লৈরেনা। "

১২/৪/৯১

## ৬৬ চিংনবা

মানা চিংনরপ তৌবা মীংয়েংনা ঐঙোন্দা মুন্না য়েংলগা হায়রকই :

" মতম ফত্তবসিদা হৌজিকপু ঐখোয় ... । "

মরক থংনা খুমলুই :—

" মহাক নুপীনি। অতুবু, লৈমাদগীসু হেন্না থোংপা মাগী থম্মোয় মত্রগা হকচাংসিবু স্থুঙদগীসু হেন্না কনশিনহনথ্রিবসিদি মথন্তগী নত্তে, ময়ামগীনি হায়বসিমদি ঐখোয় য়াবা তাবনি। মখোয়না চংলিবা লম্বীসি চুম্বা লানবনা অমনি। মতুদি মী-মীতুগী রাখল্লোনগী মথা পোনবনি। পুন্নমক ঙম্না কাওথোকপ্রবসু মুমীং নীনি চন্না হেল্লরবী অমদা মীওইব অমা ওইনা অঙম্বা শেনফম থরদঃ থম্মোয় শেংনা তেঙবাংলুবসিবু য়ান্নমক কায়গদ্রনে ? "

ঐগী রাহংওই পাউথুম ওইতৌবা রাফমতু তারগা মানা অমুক ইপা পাখংনা হংলকই :—

" অতুবু, থম্মোয় পামদবা ঙসিগী আইমসিনা মতুবু উবিগদ্রনে ? "

১২/১/৯:

## ৬৭ খেন্নবা অম্না

নোংমা মুমিদাং ম্নাইরম অমা সিনেমা য়েংলুসি হায়দুনা ইবানি থোরকপদা মঙায়রি। লম্বী মচীন্দা মকোই মরাং ইচোম চোম্বা মফি মরোল চমোংনবা নুপা অমা থেংনৈ। ইথা থাজদনা ঐগা চংমিন্নরিবা মরুপ্তুদা কৌরকই :— "কোয়থোকলুরিব্রা ?"

"হোয় মুম ...।"

মরূপ্তুনা অশেম্বা মীনোক অমগা লোয়ননা খুমলুরগা ঐঙোন্দা তপ্পা খরা থুনা চংননবা হায়রকই। ঐনা ঙক্না মঙোন্দা হাইফেৎ য়েংলুই। তৌনরিবা মঙংদু খঙথ্রমাল্লে নুপাদুনা হায়রকই :—

"খরা হেনগৎলমলগেকো ...।"

মানম্তু তেনতক্না পাউথুম পীখি :— "ফনি।"

নুপাদু খরদং হেনগৎখ্রবা মতুংদা ঐনা মঙোন্দা খঙনীংনা হংলুই :—

"কনানোসিবো ?"

মানা তপ্না খুমলকই :—

"নহানব্লাই ফনা লুনা তিন্নরম্বা মরুপনি। লালহৌবগী মমিংদা পুলিসনা অনী অহুমলক ফারুরবনি। মতম ফত্তুবসিদা মখোয়গা ওনশিন্নদুনা ম্নারী শান্নকবা য়াপোং নত্তে। চংতুম চংসি। সিনেমা হৌরমলনি।"

১৭/৫/৯১

---

মান্নদবা মীৎয়েং/৮১

## ৬৮ কোপ্পা অমসুং য়ৈথোকপা

শৈরেং অমত্তং লোইশিন্নবা কন্না হোৎনরিবৈ অঙাং মমানা প্রপ্ প্রপ্ চঙ্ঙলক্তুনা শাওনা হায়রৈ :—

" ঙমজদ্রে, ঙমজদ্রে। অঙাংনে হায়দনা অমা থৈশ্মিৱৈদা অমা হেক্তা কপশিল্লকই। থৎনবগা চৈনবগা, অতোম্বত্নগা থংনবত্নগা ফুনৈ হায়তুনা মমীৎ মমায়গকদো থ্ জিন মফম ঙাক্তা ঙায়হৌরবনি। নঙনা চে থরগা কোলোম অমগা কবিনি হা সাহিত্যকারনি হায়তুনা নচীনফাও শেংদবা মথৈ মকোক থরুঙমুক চাওনা ফমতুনা পঙলৈদা লৈ। নত্তে ঐবু কন্মায়না তৌ হায়রিনো। শিদা শিজনীংঙেদা সৈত্য। "

থম্মোয় ফ্ কপা য়াঙাংনি। অতুবু শাওরুবা য়াদে, হায়রুই :—

" অপীকপা উপু অমদা কোন চঙ্গুংননা হাপ্লবদি অমগা-অমগা থেংগাইনবা, অতুদগী মখোন থোকপা হায়বসিদি হৌনশ্যানিনে। "

মানা হান্নগুম অত্রুম্মক শাওনা থুমলকই :—

" মখোয় মশেলদা থেংগাইনরবদি ফবা। থামদোক্লবা হোৎনবদা ঐস্নু লোইরে। য়াখল লৌশিং পুম্নমক পূমকোপ কোপ্লে।

ঐনা মাবু থেমজিল্লত্নুনা ফাগী ওইনা হায়রুই :—

" ইহে! অতুগীদি হুরেন নুমিদাং হেক্তা য়ৈথোকসি। হুংথঙ অফবা লৈ। কোনশঙদা, ঙাইহাক্তনি। "

২/১/৯১

মান্নদবা মীৎয়েং/৮২

# ৬৯ খাংঙমদবা

মখোয় লৈকায়গী হন্দক্তা ভোং কাপ্রগা মন্ত্রী ওইখিবা মবুংহুন্নী ময়ূমদা ঐগী ট্রাঙ্কবগী বা ঙাঙনমবা মাবু থারুবনি। অয়ুক্কুগী চংখিবহুনা মুংথিল পোবোপ্তা হল্লক্লগা ইনাক্তা ঙেক লাওনা ফমথরকই, অহুগা হায়রকই :—

" মথংদি নঙ ভোং লেপ্তুবা য়াদ্রেহে। "

ঐনা মঙোম্না ঙক্লা য়েংলুই। শাওহুনা হায়বসু মান্দে। কৈদৌনরক্লবনো হায়বসু খঙদে। হংলুই :— " কৈদৌরে ? "

করিসু ইতৌ তৌদনা মখা তারকই :—

" কৈদৌবা হায়ববু লেপ্তুবা য়াদ্রে হায়রিসিনি। "

মাগী ৱাহু তারগা ঐনা খরা কল্লপ্‌ হায়রুই :—

" তানীংদেদা, ভোং হায়বহুদি ঐখোয়গুম্বা লায়রবা চুদংনবনা লেপকদবা নংক্রে। পৈশা চঙগ্রপোংনি। "

মাসু খরদং শাওরপ্না খুমলকই :—

" চঙনিংবা মথৈ চঙসনু। লৌ হিঙ্গোল বন্ধান থম্মগবু ওইরসু লেপত্রব। সুংয়া য়াত্রবনি। "

মাগী মতৌহুদা ঐনা খরদং তপথরহুনা হংলুই :—

" অহুবু, করিগীনো হায়বনি। "

ঐনা খংতপ্‌ তপ্‌থনা হংলকপহুদা মাসু খরদং হন্থরক্লহুনা হায়রকই :—

" হৈক্রে মনাদা য়োম্বা নঙগী থাগী তলবসিনদি ঐখোয় হিংবা ঙমদৌ মান্দ্রে। মীং-না চেজেং উইশিল্লগা ভোং অমুক্কং লেপসি।

ঐনা নোক্তুনা হংলুই :—

" কাদ্রবদি কমদোবা ? মীওোন্দগী নিয়্গা চাশিরো ? "

মানা শাওনা খুমলকই :—

" কৈদোবগী কারোইদৌরিনো । মমায় মমায়হ্দা শেন্না থাজিল্লগদবো । পৈশানা মমীং তাওহনবা ঙমদবা কনাবু লৈবগে ? খঙদে, খঙদে । ঐদি হায়জরিসিনি, মথংদিনে ভোং লেপ্লিদবা য়াদবনি । কনানবু স্নুম লায়রহ্না লৈবা ঙমনি হায়বগে ? "

৫/৩/৯১

## ৭০ মীনোক্তুদা চৈনা

মমায় মমীৎ ঈচপমক ঙাঙলহুনা হেড ক্লাকতুনা অঙোন্দা হায়রকই :-

" ওজাবু থরদং রাংকদবা মাল্লি। কাটয় অমগা হাপচিল্লবদি ফজনা য়ারনি। চুরুপ বেড়ী থরগা লৈননবা লৃপা চাম্মমুক্তং পীবিরগদি ...। "

মকোক পায়হুনা চৌকিদা ফমলিবা অহল ওইরবা হেড মাষ্টরহুনা হেড ক্লাকতুদা হায়ফেৎ য়েংলকই অহুগা রা ঙাঙদনা লৃপা চাম্ম চৎপী নোট অমা পীখি। হেড ক্লাকতুনা য়াম্না নোল্লুক্না লৃপাহু লৌরগা থংনবা কাদা ফমলিবা ওডিটর নহাহুগী মনাক্তা চঙখি। কা মহুংহুদা নোক খেবগী মখোল অমদি মরোল ফাইনা রা ঙাঙবগী খোঞ্জেলনা হেড মাষ্টরগী কাহুদা ফাওজিল্লকই। হেড মাষ্টরহুগী মমীৎতা উরকই — ঙসি ওদিটর ওইনা মাগী স্কুলগী ইন্সপেক্সন তৌবা লাক্লিব। নহাহুনা স্কুলহুদা তমলিঙৈদা মহাক্না ফৃখিবা। চুরুপ্ ছরান্দুনা থক্লম্বগী স্কুলদগী তাম্থোকখিবা কয়া, মথং-মথং। নীংশিংবগী কল্লবা ইরৈহুদা থংনবা কাদগী লাকপা মীনোক্তুনা তংতনা য়েংশিল্লকই। অস্তুম পহ্নরবদি থাঙবগী পাঙ্গল লোইশিল্লক্লগনি থল্লহুনা হোৌগংলকই। হেড ক্লাকতুদা তাকলম্বা থংনবা কাহুগী থোঙবা হাইফেৎ নমলুই। হেড-ক্লাকতুগা ওডিটর নহাহুগা য়ু ইম্নহুনা লৈরম্মী, মহাক থোঙজিল লাম্না চঙশিনবা ঙমলমদে। থাংঙমদ্রবা শাফৃ অমনা হকচাং মহুংহু নৈথাইরকপগুম তৌরকই। হায়রুই :—

" ইচাশা! নখোয়না ফনবা তোহোরো। ইপাদি হাল্লমলগে, কোকসি ঙাওবনস্তু লোইরে। "

গ্রেজুয়েটর শক্তামনা হেড ক্লার্কতুদা ইরমনবা থাংগৎলুরবা য়ু গ্লাসতু শং থাংথমুনা মরোল্ল ফাইহি-ফাইহি হায়রকই :—

" ফজি ওজারু। তামো হেড ক্লার্কা অহুম তান্ন-তান্নমুনা তৌজরগে।"

হেড মাষ্টরতু মখা তারমদনা মমায় কৈথোকখি। স্কুলগী ভুরেন্দা হেক কুমথরকপগা হৌনা নোকপগী খোঙ্গেল অমনা শোল্লবা মনাকোও অনীতুদা শাক্ কল্লা য়েরকই।

১২/৬/৯১

# ৭১ হরি শয়ন

মাগা ওাইহাক ব্বারী শান্নরবা মতুংদা ঐনা হংলুই :—

" লুহোংবদি কৈদৌঙৈ তারে ? "

খজিক্তং খল্লবা মতুংদা মানা খুমলকই :—

" হরি উত্থান মতুংদনি হায়ব্রা করিনো। "

ঐনা ওক্লা হংলুই :— " হরি উত্থান হায়বত্থদি থা অমমুক ব্বাংঙী। অস্নুক কুইনা য়ৈথোক্লিবদি করিগীনো ? "

মানা তাইনফম খওদবা খোয়রাঙ খোয়শাওনবা অমগা ঈরোইনরবা খোম্থোক্লা হায়রকই :—

" খওদেদা, হরি শয়ন মন্নুংসিদদি লুহোংবা য়াদে হায়বা থায়নগী মল্লবা চংনবী লৈরিমাল্লেনে। "

মাগী মতৌথুদা ঐস্নু হায়রুই :—

" হরি শয়ন ওইরগা কৈদোই হায়বগে ? থেঙথরকগা কনানা খওনি, হৌজিক্কী মতমসিদবু। ঐগী ব্বাদিনে অওম্বা মথৈ থুনা লুহোংথোকখিবা। নত্রবদি, লুহোংবসি কায়গল্লি। মীগী মচীন মেনবা ওমলুবা নংতে। "

মহাক্লা হান্নগুম খোয়শাওনবা মওংদা হায়রকই :—

" কমদৌনি, হরি শয়ন মন্নুংসে লাই চেপ্পা হায়বদি তুম্মী হায়নে। লাই তুম্মীডৈদা লুহোংবা য়াদেয়ে। "

মাগী মতৌথুদা ঐনা থেমজিল্লপ তৌনা নোক্লহুনা হায়রুই :—

" হায়রিথুদি চুম্মীদনা। লুহোংবা হায়বসিদি লাইরম শন্নবনিন। লাইগা মরী লৈনগ্রপোংমি। লাইদু তুমহনা ইতূক তুকথগ্রগবু করম্না লুহোংবা য়াদোইনো ? "

১৬/৮/৯১

---

# ৭২ খোইনা চীকপা

মখোয়গী মপামলোমগী মচে থোকই হায়ব্রা করিনো অমগী লুহোংবা চৎলুই। হল্লকপদা ঐগী গাড়ী মনীংদা তোংলিবী মঙোন্দা ঐনা হাযরুই :-

নূপীচু লুহোংববুদি ঙসিতা মঙায়রি হায়ববু চহীদি নীক্ষ্ মঙা তরাক্ খ্রদি স্নুরমগনিদা।"

মানা মচেচুবু হাইফেৎতং কনখৎলদুনা থুমলকই :—

"হেরা নঙস্নু, নীক্ষ্ ফাওবা য়োরমখিরোইদা। মী নহানি কৈনো।"

ঐনা নোক্কুনা হায়কই :— "ই! ই! পোক্তাদ্নগা.. ।"

মহাকস্নু পাক নীংহল্লগদবা নূপীদি নত্তে হায়বা ঐ থুঙঙী। ময়মদি, করস্নু ফত্রস্নু ঐগী নূপীনিদনা। মথৌনা ফবা য়ানী'দবা উৎতুনা হায়রকই :—

"অঙাং ওইনা পোকহৌবা অস্নুক য়াম্না লৈরিসিদি। অঙাং ওইরিঙৈদো মকোক্তা খোইনা চীকপ্রবদি পোক হৌই হায়নদাইবে। কনানা খঙনি মঙোন্দা চীকলম্বস্নু।"

মাগী য়াতাদুদা ঐনা ফাগী ওইনা অমুক হায়রুই :—

"চীক্লম্বা তারবদি, মানা নহা ওইরিঙৈদা মঙোন্দা চীক্লমগদবা খোইচুদি খোইমু নংতনা অতৈ অচম্বা খোইদি ওইরোই।"

মাগী য়েংথংবা মথৎতুনা ঐগী তুংগী লেংজুমদা হাইফেৎতং পায়রক্লগা নোক্কুনা হংলকই :—

"নঙদি করম্না খঙলিবা.... ?"

ঐশু মোকুনা খুমলুই ঃ—       " ময়শক অহুক কজম্মিহুদি ... । "

মানা ঐগী য়েংথংবা পূকনোঙা খ্ৎজম্মিনা কম্না চম্লগা খমদং লৈখৎলপ তোয়হুনা ছায়য়কই ঃ—

" চো ... । খঙগ্রেদা । লময়হুদদি মঙ আদি শুরুনিনে । "

ঐস্নু খ্ৎনীংনা মঙোন্দা ছাইক্কেং থিল্লগা মোকুনা খুমলুই ঃ—

" অহুবুদি নঙগী নূপা ওইম্মিসিদি । "

১৬/৯/৯১

---




## ৭৩ মীৱংগী পাত্র

করাম চাউরবা নুপাহুনা তাইবঙ মপুদা নিজৈ :—

" ইশাগা শাগোল্লবদি য়াবা অতুগা তাইবঙ পুম্নমকপুম্ হাপচিনবা চমবা পোংশক অমত্তা পীরবিয়ু। "

তাইবঙ মপুনা নোক্কুনা খুমলকই :—

" মতুদি থম্মোয়নিদনা। হেক্তা লৌনে, কুইরেনা নমাঙদা তাহনা লৈরক্লিবা। "

১৭/৯/৯১

## লনচেনবা মীতৈগী

### ফোঙলবা লাইরিকশিং

১। ফৈনা চিংশিল্লক্লিবা লৈই (শৈরেং) ১৯৮৮ ইং

২। মীৎকপ থোক্লকপদা মঙলাক্লবা (রারীমচা) ১৯৮৯ ইং

৩। অনৌবা শৈরেং (সম্পাদক) ১৯৯০ ইং

৪। য়েংলু য়েংলুবদা (অপীকপা শৈরেং) ১৯৯১ ইং

৫। মান্নদবা মীৎয়েং (অপীকপা রারী) ১৯৯১ ইং